

ꯃꯍꯧꯁꯥ ꯂꯥꯏꯔꯦꯝꯕꯤꯒꯤ ꯃꯁꯥꯏꯒꯣꯟꯗ ꯌꯥꯇꯥꯔꯤꯕꯤ

ꯑꯔꯨꯅꯥꯆꯜ ꯄ꯭ꯔꯗꯦꯁ





# মহৌশা লাইরেম্বীগী মসাইগোন্দ য়াতারিবী

## অরুনাচল প্রদেশ















সগোলসেম তরুনি



# [illegible]

# মহৌশা লাইরেম্বীগী মসাইগোন্দ য়াতারিবী অরুনাচল্ প্রদেশ

(লমকোয়্ ৱারী)

সগোল্‌শেম্ তরুনি

শগোলবন্দ মবুধৌ মন্ত্রি লৈকায়্, ইম্ফাল্





কংলৈপাক্ লোয়্‌নসিল্লোন্ অপূন্ব মরূপ্

ময়ায়্ শঙ্গলেন্ঃ নিত্যাইনন্দ মসাইকোন্, রিম্‌স্ রোদ্, ইম্ফাল্



# [illegible]

## মহৌশা লাইরেম্বীগী মসাইগোন্দ য়াতারিবী
## অরুনাচল্ প্রদেশ

*(লময়কোয়রাবী)*



| | | |
|---|---|---|
| অইবী | ঃ | সগোল্শেম্ তরুনি |
| | | শগোলবন্দ মবুধৌ মন্ত্রি লৈকায়্, ইম্ফাল্ |
| অফোঙ্বব | ঃ | ঐচ. প্রেম্কুমার্, থাঙ্মৈবন্দ ন 'কলম'গীদমক্ ফোঙ্জব |
| চহী | ঃ | ২০০৭ |
| মগীং | ঃ | ৫০৩ |
| ফংফম্ থোক্পা | ঃ | অইবী |
| মমল্ | ঃ | লুপা ৭০ |
| নম্ফম্ | ঃ | হৈ-য়া কম্প্যুটর্, মৈত্রম্ অৱাং,মেকোলা, ইম্ফাল্ |

# কৎচব

*ঐগী ইবূং ইবোম্পিশক্ কৌব*

*ঐনদি তাদ মচা কৌজব*

*ঐগী খাইদগী নুংসিজব*

*ইবূং ইবুংঙো ইবোম্পিশক্কী*

*মফম্দ করিস্ নৈত্রবী নচল্ ঐন*

*ইবূংন ঐবু নুংসিন*

*মচল্ অমনি হায়ন নুন তৌবিখিব*

*অদুগী নমন্ সিংজহৌব*

*ভম্জহৌদ্রে।*

*নচল্ তরুনি ঐগী লাইরিক্*

*''মহৌশা লাইরেম্বীগী মসাইগোন্দ*

*য়াতারিবী অরুনাচল্ প্রদেশ''*

*হায়ন মিংথোম্ব লাইরিক্সি*

*তাম্চাগী মফম্দ কৎচরি*

*নৎনব নৈতন লৌবিয়ুকো তাম্চা*

*শগোল্শেম্ তরুনি*

*শগোল্বন্দ*

# ''কলম্''গি মায়্কৈদগী....

শক্লহিব খুন্নাই থৌগল্লোয়্, নোংগাগ্নব সগোল্‌সেম্ ইন্দ্রমনিগী মচাসিংগি কোক্‌হন্-লাইহন্ ওইরিবী, ইকায়্‌খুম্নজরবী ঈচে তরুনি (তরুবীনি) সু মপাবূংগুম্ লৈবাক্‌সিগী থৌরম্ সিঙ্ঘা কয়াদ, মশাগী চহী ৮০ সুজিল্লক্লফাও্বদ হক্‌চাঙ্ ফন, ব্লাখল্ লৌসিং মহাও লৈন, শাফবগী, লৈঙাক্লোন্‌গি, খুন্নাই থৌগল্‌গি, নূপীগি থৌদাংগি, অমদি লোয়্‌নসিল্লোন্‌গি, অসিনচিংব হীরম্‌সিংদ নহা অমদগী নোপ্‌থদন, মোং-হাদন সিঙ্ঘা পাঙ্লিবী নুমিদাংব্লাহিগি অরঙ্ব থব্লান্‌মিচাক্লুম্বীনি হায়্‌জনীংই। হৌজিক্ মতম্‌গী পথাপ্ মবল্-মথেল্ পায়্‌রিব নৈনরেইহিসিংগি পাদম্‌সিংন শেৎ-শা,শেৎ-শামক্ থাহঞ্জনিংদব ব্লাখল্ পোক্‌চরুব, লাইরিক্ ১০রোম্ ফোঙ্লক্লবী ঈচেগি হন্দক্কি ''মহৌশা লাইরেম্বীগী মসাইগোন্দ য়াতারিব অরুনাচল্ প্রদেশ্'' কৌব লাইরিক্‌সিদি 'কলম'গি ২২শুব খূদোল্ ওইন, 'কলম' লৈমরোল্‌গি য়ায়্‌তোঙ্বীগি ফম্ পুরিবীগি খূদোল্ ওইন পুথোক্‌চরি। 'কলম'গি চৎন-পথাপ্‌কি পরীংগ চূশিন্নবসু হোৎনব অমদি ঈচেগি হান্নগি লাইরিক্‌কি মশক্‌সু য়ারিমখৈ হোংদনব মায়্কৈ অনীমক্কি পূজ-থাংজমিন্নবৈদ 'কলম'গি য়েংশিল্লেহি লূপ্ন অহল্ ওইরক্লবী অঈবীগীদমক্ হীরম্ কয়াদ নীংতম্‌হম্বীরক্‌পদ নূংঙাইহৈজে অদূগ ঈরৈচাসিংনসু ঙাক্‌পিগনি নীংজে। লাইরিক্‌সি লম্ কোয়্‌রুবগী খোৎচিন্‌হৌব নীংশীং পাউদম্লি (ভুর্-দাইরীনি /ত্রাভেলোগ্‌নি)। পথাপ্ পাদম্ কয়ানসু নূংসিন নাম্বিগনি নীংজে। অঈবীগী পূক্নিগী তাক্কক্‌সিদ তম্বীরক্‌প খূদোল্‌শে লোয়্‌নসিল্লোন্ নৈকোল্‌সিদদি চেৎন-চান্ন ইকায়্‌খুম্নহৌরনি। চহী সাংন পুক্নীবিদূন নুমিদাংব্লাহিরম্‌গি খূদোল্ কয়া নৌরিব মীরোল্‌সিংদ সিন্নবিরম্বদ তাইবঙ্ মপূন থৌজাম্বিব পীনবিয়ূ নিজরি।

*নোম্লুক্‌চরিব*
*কৈল. সনাহোংব*
*মায়্‌তোঙ্ব 'কলম'*

# ৱাহৈ থৱ

''মহৌশা লাইরেম্বীগী মসাইগোন্দ য়াতারিবী অরুনাচল্ প্রদেশ''
হায়ন মিংথোল্লিব শগোল্‌শেম্ নিংঙোল্ ইচে তরুনিন ইব লাইরিক অসি
ফোঙ্‌দ্রিবঙৈদ পাজহৌরে। ফজে, ইচেগী খুৎইদি য়াম্ন তম্‌জনিংঙইনি।
ভারৎকী অৱাং নোংপোক্ লম্‌দম্‌দ ঈংন চীক্ল য়াতারিবী খ্বাইদগী হেন্ন
চাউব ষ্টেট অরুনাচল্ প্রদেশকী মরম্‌দ ইব লম্‌কোয় ৱারী অসিদ, লম্ অদু
পুম্নমক্ থুংন কোয়রুব, য়েংলক্‌পগী, মীয়াম্‌দ পাউদম্‌জব লাইরিক্ ওইন
ফোঙলক্‌পদ মীয়াম্‌দ অসুক্কী মতিক লৌসিং হেনগৎহন্বিগনি হায়্‌ন খৈজে।
ইচেম্ম তরুনিগী লাইরিক্ অসি ফজে হায়্‌জনিংই। মপূ ফরবদি মান য়োক্লিব
হূই ফাওব মী চিক্তে হায়, মসিনসু অমুক্ ফজব অহিটেম্ অম হাপ্‌কৎলি।

টি. ঐচ. সুবদনি
সগোল্‌বন্দ বিজয়গোবিন্দ, ইম্ফাল্
এক্স-প্রেসিদেন্ট নহাকল্

# ফোঙ্‌দোক্‌চ-ব্রা

"মহৌশা লইরেম্বীগী মসাইগোন্দ য়াতারিব অরুনাচল্‌ প্রদেশ" হায়্‌না মিংথোল পীব অবোক্‌ ইবেম্ম তরুনিন ইব লাইরিক্‌ অসি ফোঙ্‌দ্রিবৈঙগী মমাঙ্‌দ পাজরে। লইরিক অসিদ য়াওরিব মহৌশা লইরেম্বী হায়ব চীংমান্‌, তুরেল্‌, উপাল্‌ ব্রাপাল্‌ পুম্নমক্‌ ফজব অমদি নীংথিব ময়াম্‌ অমন লৈতেংদুনা লৈরিব ফজঅব ময়াম্‌ অসিগী মরক্তা নুংসিঅব চীংমী্সিংনা খুন্দাদুনা য়াইবী মরাঙ্‌ কায়না লৈহৌই হায়্‌ব অসি পারুবদ অসুক্কী মতিক্‌ থম্মোয়দ নুংঙাইব অম পোক্‌ই। ফজৈ, অবোক্‌ ইবেম্ম তরুনিগী সৈথারোল্‌ লম্‌কোয় ব্রারী অরুনাচল্‌ প্রদেশকী লম্‌দম্‌দ লৈশাৎ তম্‌দুনা লৈহৌব চীংমী্‌ ময়াম্‌ অমগী পুন্সিগী খোংচৎকী ব্রারী শীংবুল্‌নি। কলম্‌গী ২২সুব লাইরিক্‌ ওইনা কলম্‌গীদমক্‌ ফোঙ্‌দোক্‌চরিবসি লাইরিক্‌সিবু খোয়্‌দাজরুব ব্রাখল্‌দুনা পাঙ্গল্‌ ওইজরুবনি। ঈরৈচাসিংগী মফম্‌দ নোন্‌জরি।

ঐচ. প্রেম্‌কুমার্‌ সিংহ
থাংমৈবন্দ

# অইবীগী ৱারোল

পাইরি মনীং তম্ন অঙৌব লৈচি ন্ মপৈ মপৈন, অমুক্সু খন্জিল্লি, চীংয়াম অদুগী মহিথোঙ্, চীংগী নাপোম্ নাপোম্দ লৈচিন্ মপৈ মপৈন লৈতেংলি। মফম্ অমদ লৈচিন্ন পূম্কূপ্ কূপ্শিল্লি। হে! চীং, তুরেল্, নখোয় পূম্নমক্কী শক্তম্ উরুবদ লৈব ঙম্দদুন, নুংসিমন্খ্রদুন চেবাঙ্দ খোর্জে থাজবনিকো। ঐঙোন্দ য়েরি ইথক্ ইপোম্ন, মালঙ্ তাম্বা অসিদ ঐগী থম্মোয়্দ থূম্ন তেন্গী মওঙ্দ থিন্জিল্লক্রি। খাঙ্ব ঙম্দবদগী ফোঙ্দোক্চরিব অরুনাচল্ প্রদেশকী শক্তম্সিংনি। মীওই কয়ান কোক্ত সম্ পূদুন নাকন্দ থাঙ্ য়ান্দুন লম্বীদ হিংননবগী মওঙ্দ চৎলিব ময়াম্ অদুবু উরুবদ থম্মো্ অসিদ ইনিংবগী ৱাখল্ন কন্শিল্লক্পদগী ৱাখল্গী পরীং খরন অমুক্ হৌগৎলক্কুন অরুনাচল্গী ফীভম্দ ঙাওরক্লি। মহৌশা অঙাঙ্ ওইরিঙৈদগী ইনিংবগী ৱাখল্লোন্দ লৈরক্পনিনা অদুম্ ইদুন লৈজরি ঙসিসু, চীং তুরেল্গী শক্তম্সিং। লাইরিক অসিবু 'কলম্'গী ওইন ফোঙ্জবদ ইতেঙ্ পাংবিব অসিদ ঐ অসুক্কী মতিক্ নুংঙাইব পোক্চৈ। ঐগী লাইরিক্ ''মহৌশা লাইরেম্বীগী মসাইগোন্দ য়াতারিব অরুনাচল্ প্রদেশ'' হায়ন মিংথোন্জব লাইরিক্সি ইবদ লম্দম্সিগ মরী লৈনব লাইরিক্সিংসু পাজখি। ঙসীদি ঈরৈচাসিংদ সিন্নজরি। ৱাবিখিব অমদি পাবীরিব খিবিক্পূ থম্মোয়্দ নোম্লুক্ল কোম্সিন্জরি।

শগোল্শেম্ তরুনি
শগোল্বন্দ মবুধৌ মপ্রি লৈকায়
ইম্ফাল্

# অরুনাচল্গী খোঙ্চং
# ১ব পন্দুপ্

ঙসীগী মালেম্ অসিদ মীওইব খুন্নাইন খৌরাংন ঙাইহিরিব অসি করিনো হায়বদো উ ব মতম্দ খঙ্নীংলিবসিংদি লৈবাক্ অমগী পুরারীগী ওইব খৌরম্সিং অদু খঙ্নব হোৎনব অদুনি। অসিগুম্ব অসুক্কী মতিক্ কান্নরব, মীওইবন খঙ্নীংলিব অসি খঙ্ব ঙম্ব অদুনি লাইহিরিক্-লাইসু হায়্নরিবসি। পাক্ল মালেম্ অসিগী চাউর চাউরব লৈবাক্ কয়ামরুম্ অসিগী পুরারী পূম্ব খঙ্ব ঙম্রব মতম্দ লাইহিরিক্ হৈব লাইশু খঙ্ব মীওই অম শোয়্দন ওইব তাবনি।

মমাঙ্ঙৈদ নেফা কৌরম্ব,হৌজিক্ক, ভারত্কী প্রাইম্ মিনিষ্টর ওইরম্বী ইন্দিরা গান্ধীন নুংসিরব চীংলৈবাক্ তরু তনাব, চীং লেম্ন অরাং নোংপোক্ চিদাইদ ঙাম্বেহিরিব লম্দম্ অসিবু অরুনাচল্ প্রদেশ হায়্ন লৈচীল্ মপৈগী ফজব অদু থারগ থোক্লম্বদগী, ঙসি লম্দম্ অসি মহাক্তৌন ঈংব তপ্ন ষ্টেট্ অম ওইরে। ইন্দিরা গান্ধীগী রাখল্লোন্ অদু য়াম্ন ফজে। মার্চ কী থানূংদু ফজন্নব লৈচীল্ অদূন অদুম্ থাদুন মচি মচিদ কোয়পাই পাইদুন লৈরি। ওয়্রোক্ক ফজব্রেদকো মহৌশা লাইরেম্বীগী চীংগী লম্দম্সে। লৈচীন্ন রাংন অমুক্ পাইখৎ, নেম্ন অমুক্ পাইথ,নোংচুপ্রোম্দগী নোংপোক্রোম্দ পাইরক্লগ নোং খরসু খিক্থরক্কি। মদূমক্ক চোৎপদি নত্তে,অদুম্ চৎপদি য়াই। য়াম্ন নুংসিব ষ্টেট্নি। মহৌশাগী থোইদোক্

হেন্দোক্ল মওঙ্ তারব য়েংবদ পোত্থানফম্ ওইবদ মতিক্ চারব অরুনাচল্ হায়্নে কৌবিরম্ব ভারত্কী ষ্টেট্ অম ওইরিব লম্দম্ অদুদ লম্ কোয়্রুবদ উজরক্প খঙ্জিজ্জরক্প খরদুবু ফজখ্রেদা চীংলৈবাক্ নুংসিবীদো, হায়্নে নীংশিংজবনি।

মার্চ ২০০৭ কী তাং ১০গী অয়ূক্ পূং ৯-৩০ দ ইন্দিগো তোংদুনা চৎনীংবদগী ইন্দিগো হায়না থাব মালঙ্ হি(এরোপ্লেন্) অদুদ কাখৎলে, য়াম্না নুংঙাই, ঐগি চহী মতাঙ্ অসিগ করিনো হায়্নে পাখৎলি। অদুবু ইন্দিগো হায়্বা প্লেন সর্ভিস্ অসি অসুক্কি মতিক নুংঙাই য়াম্না তপ্প ঈংন পাই, করি অমত ব্লাখল নুংঙাইতব লৈহন্দে। এয়র্ হোষ্টেস্কী খুৎওক্-চাওক্ অসুক্কি মতিক্ ফজে। ইম্ফালদগী গৌহাটি ফাওব পাইবদ মিনিট ৪৫ চঙই। গৌহাটি এয়রপোর্টতগী, পল্টন্ বজার, বন্দনা ফাওব ভান্ অম তোংলগ লাক্পদু পূং ২ তারে। বন্দনাদগী বস্ অমদ পূং ৩ তাবদ তোংখৎলে। নুংঙাইন থরায় হরাওন চৎলিবদো চিনাগী ঙম্খৈ অদু ফাওব চৎকনি হায়বগী ব্লাখল্দ য়াম্না নুংঙাইন অরুনাচল্ প্রদেশ পাংলক্খি। পূং খর থৌরব মতুংদ মনিপূরী লক্ষ্মী হোটেল্দ পূং ১২ মুক্ তাবা মতম্দ থুংই। মফম্ অদুদ কূম্থরগ কোয়্না য়েংব মতম্দ মহৌশা খুৎশেম্গী মরক্তা খুৎশেম্গী লৈতেং খরন লৈতেংহম্ব কৈথেল্ য়েংবদ থম্মোয়্ শুম্হৎলি। বস্তগী লক্ষ্মী হোটেল্ ফাওব খোঙ্ন মতেক্ খর চৎপদ গুৱাহাটিগী লৈহৌরিব য়ুম্রে কৈরৈদগী মফম্সিন অসুক্কী মতিক্ ফজবদো উব ফংলে। গুৱাহাটিদগী ভারত্কী চীংগী লম্ অপীক্-অপীক্প কয়া য়ৌনব চৎখ্রিব লম্দম্সিং অদুগী খাইদোক্লা চৎনখিনব লৈহৌরিব লম্বেল্সিং অদুবু উবদ থম্মোয় শোক্ল নুংসিব অম পোক্ই। ভারত্কী ষ্টেট্সিং অদুবু চাওখৎনব হোৎনরম্বী নূপীলক্তগী অখোইবী ইন্দিরা গান্ধীবু তঙ্ঙন নীংশিংলক্ই। মশাগী কাম্বব খিদন মীয়াম্গিত হোৎনরম্বী ইন্দিরা নঙ্ন লূপা ক্রোর্ ক্রোর থাদদুন ঈথৈখোং (ড্রেন্) মনাক্ত মপুন্সি লেম্ব লেম্বীসিংগীদমক্ অমদি অতৈ থবক্ ময়াম্ পায়্খৎলক্পদ খাঙ্ব ঙম্দব মীওইসিংন পুন্সি লোইসিম্বীব্রবী লম্জীংবী ভারত্ ঈমা মহাক্পু নীংশিংলক্ই মতম্ অসিদ। নীংশিংব মরক্ত মাঙ্গ-তুংগগী লৈচীন্সিং তিম্পিম্নরক্খি।

খৃ: ১৯৪৮ অদুগ্নায়দ লৈহৌব গুৱাহাটি অদুদগীদি কয়াগী মতিক্ খেম্নরব। ঙসীগী মতৌসিং নীংশিংলদুন আসাম্গী উ-ব্রা মক্ত হৌব অতৈ অতোম্প মীওইবগী হিংনবগী চাব য়াব পোৎ অমত থাব উব ফংলক্তব, অহাঙ-অহাঙ্ব মফম্ খর লৈরিব অদুদসু নাপীনচিংব হৌব নত্তন পোৎ-চৈ অমত্ত থাব উরক্তব অদুদগী চীং অনিগী কারক্ত তুরেল্ অম চেম্খদুবু 'সিয়াং রিভর্' হায়্নে থারম্ব মথঙ্-মথঙ্ নিংশিংলক্ই। তুরেল্ অদুগী তপ্প ঈংন চেম্নরক্প, মহাক্কী ঈচেল্দু য়েংবদ অকিব অমসু পোক্খি। অসুম্ চৎল-চৎলগ সিয়াং তুরেল্ অদুগী মথক্ত মীওইবন চখোক্ চৎশিন্ তৌনব অমদি লাম্বোক্-লান্শিন্ তৌনবগীদমক্ত সস্পেন্সন্ ব্রিদজ্ অম সারগ মী লাম্বোক্ লান্শিন্ তৌই। মসিগী খোং অসি সিয়াং তুরেল্গী মথক্তনি। সিয়াং তুরেল্ অসি য়াম্না লূই হায়। মী তাম্নবদি সিব শোয়দ্রবনি মরম্দি ফিট্ ৫০

হেন্ন নূই হায়। সিয়াং তুরেল্ অসি চিনাদগী চীংলক্ত অরুনাচল্ ষ্টেট্ অসিদ পুরিঘাট ফাওরগ ব্রহ্মপুত্র তুরেন্দ তিন্থি। সিয়াং তুরেল্গী লৈঙোয়্দি নসিংদৌন ঙৌরোক্ ঙৌই। ঈংগ্নব তুরেল্ অদুগী মপান্ মপান্দ লৈঙোয় অঙৌবসিং অদুন মোইথাপ্ নইথোক্লব নসিংগুম্ন পৈ-পৈদুন লৈব অদুদি য়েংবদ থম্মোয়দ ঈথক্ হৌরক্ই। ঐখোয়্বু সেন্নীব মপূ ঈবুংঙো অদুবু নীংশিংনক্ই। করম্ন লৈঙোয়্সিং অদুবু ঙৌরগ লৈরম্লি অমদি চেম্বরক্লিব মতম্গী খোঙ্লৈ মতুং ইন্ন পৈ-পৈদুন তোর্বান্দ লৈতেংহন্নীব অঙক্পনিদকো মপূ মাগী পোত্থোক্শিংসে, তইবঙ্বু তোঙান্ তোঙাম্ব খুৎশেম্সিং উইহন্নিদকো। মপূ ঈবুংঙো নঙুন শেম্নীব তইবঙ্গী তোঙান্ তোঙাম্ব পোত্থোক্সিং অসিন তাইবঙ্ শেম্নীব মপূ নঙতবু তত্তন খুরুম্জরি। তুরেল্গী তোর্বান্ অসি চপ্ মান্নে, চীং নাপোম্ অনীগী মরক্ত তপ্ন-তপ্ন চেম্নি। মরক্ মরক্তসু ইরৈ অকম্ব মফম্সু অদুম্ ময়াওই। মসিগী তুরেল্ অসি মী কয়া কুম্ব শীজিন্নবদি উদে। মরম্দি য়াম্ন লুব অমদি অন্নাংব চীং অনিগী কারক্ত চেম্বন ওইরম্ব য়াই। মনাক্ত নক্ল মী তাব উদবগী মরম্দি য়াম্ন কুখৈ, য়েংবদ তাম্মী। তুরেল্ ন্নাংম ন্নাংমদ লৈরিব চীং অনী অদুন মীওইবগী কান্নব পীনিংদুন নোক্ফেৎ নোক্ফেৎ তৌদুন য়াম্ন নুংঙইন মমায়্-মমায়্ ওন্শিন্নদুন মোমোন্-মোমোন্ তৌরদুন মীৎচান্নদুন লৈরিবদু য়েংবদ থম্মোয়দ ওহোক্ল নুংসিব অম পোক্লক্লুন মীত্তগী পি তাখিব খঙহৌদে।

১৫-০৩-২০০৭

# ২সুব পন্দুপ্

অরুনাচল্ হায়্রিব লম্ অসি অসুপ্কী মতিক্ চাউথ্রে। মসি নোর্থ ইষ্ট ষ্টেট্ পুম্নমক্কুগী হেন্ন চাউব ষ্টেট্ অমনি হায় । খারোম্দ অসুম্ চৎপদ য়েংবগী লোইব নইদে। নোংপোক্রোম্দ অসুম্ চৎপদ লোইব খঙ্ব নাইদে। অসুম্ন মায়্কৈ তরা অসিদ কোয়্ন চৎপদ কয়াগী মতিক্ ফজৈ, কয়াগী মতিক্ সাংই। লম্বীদি পিক্তুক্ তৌই, বস্ অনি থৈনবদ চন্দদুন অম খাগ্রগ অম চৎলি। অদুবু লম্বীদি অসুক্কী মতিক্ নাপ্পী, মনিপুর্গী গস্রক্ গস্রক্ লাউব অদু তৌদে য়াম্ন ফজন শেম্মী। অলোং হায়্রিব লম্ অসিন খ্বাইদগী চাউব মী তাব লম্নি। য়িংকিং হায়রিব চীংদুদ কারগ য়েংবদ চিনা হায়রিব লৈপাক্ অদু উব ফংই। চিনাগ অরুনাচল্গ তাইনব মফম্ অদু তাম্ন চৎপদ মাইল ১৫০ হেন্ন সাংই, লম্বী, গালিং, ফিফ্কোং, হায়রিব লম্সিং অদু ফাওদুন চৎলি। মহৌশা লাইরেম্বীগী খুৎশেম্ রাংল রাংলব চীং ময়াম্ অমন কোয়সিন্দুন লৈব মফম্ অদুদ তারিব মীওইসিং অদুদি থাঙ্ অশাংব অমমম্ পায়্। থাঙ্ অমমম্ মখুম্ পাম্নগ ঙক্শম্দ য়ান্-য়ান্দুন চৎলি। ইথোল্ কোইব ইন্শাং নাপী থাবদি কয়া উদে। ওফিসার্সিংগী ক্বার্টর্সিংদদি খর-খর থাব উই।

চিনান অরুনাচল্ প্রদেশ অসি মখোয়্গী লম্ ওইগনি হায়্দুন মতম্ পুম্বদ লৈ হায়নৈ। অরুনাচল্গী পোথোক্ লৈতব মরম্ন চিনাদগী অয়াম্ব চাব থক্প

শীজিন্নবনিনা হায়্দব য়াদবদগী চিনান হায়ব ওইরম্গনি।

পান্গিন্ হায়ব মফম অদুদদি লৈবাক্-লৈহাও অদু য়াম্ন নাঙ্ই, হায়বদি লৈবাক্ অদু পায়রুবদ সাবুন্ পায়রুবগ চপ্ মান্নে। পোৎ থাবদি য়াম্ন থুন হৌগদব মাল্লি, হৌসু হৌই। লৈচীন্দি অদুম্ থাদুন লৈ, লৈচীন্ন পূম্কূপ্ কূপ্শিন্দুন মী ফাওব মশক্ উব ফংদে। অদুগ অমুক্ থুন হাইদোরক্লুন লৈচীল্সিংদু মাঙ্খি। অদুগ লৈচীন্দি পান্গিন্ গী মরুপ্ ওইদুন মতম্ পূন্নদ অদুম্ লৈ। পান্গিন্ দগী খর লোইরোই লোইরোই কাখৎলগ গোভর্নমেন্ট হায়র্ সেকেন্ডরি স্কুল্, সিয়াং দিষ্ট্রিক্ ইষ্ট হায়ন থাব স্কুল্ অম লৈরম্মী। কোম্শিং হায়ন কৌব চীং অদুন কোয়শিন্ন পান্গিন্ গী টাউম্নি হায়ব মফম্দুদ পব্লিক্ স্কুল্, তায়াং লৈ। মহৌশা লাইরেন্বীগী খুৎশেম্গী চীংথক্তনি। মফম্ অসিদ ব্রাগী ব্রাপল্সিংন চীংমায় থন্নব হৌই। অরুনাচল্গী পোথোক্তি ব্রা হায়ব তহিবঙবু হিংহন্ন ওন্ন, অদুগ অমন টাইক্ হায়্ন কৌব হুমাইগী মওং মান্ন অদুগ, অনী অসি মরাঙ্ কায়্ন হৌই। টাইক্কি ঊনান লৈনব য়ুম্ খূদিংমক্ কুপ্লী। মদুগী মনাদো য়েংবদসু য়াম্ন ফজে।

ফজন্নব লৈতেম্ মান্নব চীংথক্ত ফজন্নব ব্রা পান্নী পিক্তক্ পিক্তক্ তৌন হৌরিব পান্নীসিংগী মরক্তগী নুংসিরব উচেক্কী মখোল্ তারক্প অয়ৌবী খোঙ্গাঙ্দ অতৎপ লৈতন,খোংলক্প, অমরোম্দ অয়ূক্কী নুমিৎন লৈচীন্ মরুম্দ ঙাঙ্গানন ফজন্নব লম্পাক্ অদুগী ফিরাংজিগুম্ থাব ফিদা মথক্ অদুদ কয়াগী মতিক্ ফজব, নুংসিপ্পব মতৌসিংদুন থম্মোয় মহী চেল্লক্ই। লৈরন্নিব মহৌশাগী খুৎশেম্শিংদুন লাক্লিব ঐবু মোমোন্-মোমোন্ নোক্লদুন খূলাম্ তোয়্ন-তোয়্ন কৌরক্লি। মায়কৈ তরাদু কোয়্ন য়েংবদ তথক্-তথক্ উরিব চীংগী নোব্রাশিং অদু অসুক্কী মতিক্ ফজে। ফজব হায়ব অদুদি অদুম্ ফজদুন লৈরগনি হায়বদ হায়মন্ন থোক্লোই। চীংন কোয়্শিন্ন মহৌশাগী ফজব অসিবু শীংথাবদ কনান লোইব নাইগনি, শীংথাব লোইব লৈররোই, মা-ন অদুম্ হেন্দুন লৈহৌরগনি।

১৫-০৩-২০০৭




মহৌশা লাইরেন্বীগী মসাইগোন্দ য়াতারিবী অরুনাচল্প্রদেশ

# ৩ সুব পন্দুপ্

নোংম, মার্চকী তাং ১৫দ ইচানুপী অমদি ইগুনুপী ঐখোয় অহুম্ন লম্ খর য়েংলুসি হায়্দুন চীংগী নাপোম্ অমদ অসুম্ চৎলি। চীংশাং অদু অমুক্ খর রাংখৎলি, অমুক্ খব নেম্থৈ, চৎপদ য়াম্ন নুংঙাই, য়েংবদসু অসুক্কী মতিক্ ফজে। মহৌশা লাইরেম্বীগী খুৎশেম্ অঙকপনি। চীংগী ঙম্থরক্প, থম্বাল্গী মওং মান্ব, য়েংবদ কয়াগী মতিক্ থম্মোয় নৌথোক্হল্লক্প। অমুক্ নেম্থ, অমুক্ রাংখৎ তৌরিব মহৌশাগী ফজব চীংগী হাই-হুম্ন নোক্ফেৎ নোক্ফেৎ তৌরিব উপাল্গী মসা-মরেং কয়া অদুন ঐখোয়্বু লাক্লিবরা হায়্দুন মীপুম্ খুদিংমক্পু তরাম্ তরাম্ন লৌথুপ্ লৌকোই নৈতন ঈংন-তপ্ন কৌরক্পদো, মহৌশা লাইরেম্বীগী লৈফম্ ওইরিব লম্দম্ মাবু থম্মোয়্দ চেৎন মীয়াম্ উহন্দন লোত্তুন থম্জিন্ল্লে। ইন্দিরা গান্ধীগী থম্মোয়্দগী খোরক্প, লৈচীম্ন খুম্জিন্ব (অরুনাচল্) নঙোন্দগী ফজব চীং তুরেন্, লোকচপ্ লোক্খা, চীং অনীগী তাইনবদুদ কুৎথব, রাংন রাংখৎলকপ চীং, লোইরোই-লোইরোই নেম্থরক্প চীং, ঊনা-রানান লৈতেংব মহৌশাগী ফজবসিংসিবু উবদ কাউব ঙম্গদব কনা লৈবগে ? ঙাওবু ঙাওগনি পূম্নমক্ ঙাওগনি। থম্মোয় পাম্ব মীওই খুদিং ঙাওগনি। অদুবু ঐন নুংঙাইজদবদি তাইবং মীওইবদি, নীংতম্ব পাম্ব, তৌনিংবত তৌব পাম্ব, মহৌশা লাইরেম্বীগী মসাইগোন্দ নুংসি-নুংসিরব হৈকোল্-নৈকোল্, মহৈ-মরোং, উ-রা পূম্নমক্ তুম্ন

লৈমায়্দ তোপ্-তোপ্ তুহল্লগ মাঙহন্বিব্রবগী, মনীং তম্ন মশাগী কাম্নব থিদুন পূমতুম্ তুম্হন্বীব অদু তৌবিদনব, অন্নাংব ন্নাখল্লোন্ পুখোক্পিরক্কনি হায়নসু খন্দব ঙম্রক্তে। নুংসিব্রেদকো হে। ঈমা মালেম্! মফম্ পূব্র ঐখোয়্গী ঈমা ঙাক্তনি। মীগী ঈমা, ঐগী ঈমা চপ্ মান্নে, অমন অমবু হেন্দে। ইন্দিরা গান্ধীগী মপান্দগী ঙসী অরুনাচল্ চাওখৎপ থাক্ত লাক্লিবনি। অফব মীওইন তৌরন্বদগী ঙসী, নেফা মীয়াম্গীদমক্ত চাওখৎপ থাক্ত পুরক্প ঙম্রিবনি। অরুনাচল্ হায়্ন মালেম্ শীন্ব থুংন ফাওরিবনি। নুপীলক্তগি অথোয়্বী ইন্দিরাদো ফমন্দুন মহাক্ ফত্তব মরক্ত লৈব য়াদবনিন হাত্তোক্পিখিবনি। মহাক্ চঙলন্বগী খূদোল্বু অরুনাচল্ন করম্ন মাবু কাউগনি ! খৃ: ১৯৮০ অদুন্নাইদ ইন্দিরা গান্ধীন ভারতকী মফম্ পুম্নমক্ত উ পান্বী পরেং সান থানব উ চারসিং মরাঙ্ কায়্ন থাদরক্তুন উ কয়ামরুম্ লন্বীগী নাকল্-নাকল্দ থাখিব, হৌজিক্ক মপূং ফান পরেং-পরেং হৌব অদূ উরুব মতম্দ থম্মোয়্দ কয়াদ নুংঙাইব পোক্খিব। উ পান্বীদি তাইবং মীওইবগী হিংবদ অসূক্কী মতিক্ কান্নবা হায়বদো ন্নারী লাইরিক্ত অদুম্ য়াওদুন লৈরবনি। কয়াদ নুংসিগ্রব! নুপী মরক্তগী অথোইবী ইন্দিরা গান্ধী নীংশিংদব ঙম্দে অইবীন। তাইবঙ্ মীওইব অসি ওন্ন-তৈনব থবক্ কয়াসু তৌদব য়াদে হায়্ন অদুম্মক্ খন্দুন লৈব মীওই য়াওদব নত্তে। মসিদগীনি অফব থবক্ কয়া তৌব ঙম্নন্ব, অফব ন্নাখল্তন তাইবঙ্ মীওইববু অমদি মাগী মরৈবাক্ মফুরুপ্কি অফব থাক্ত পুখৎনব হোৎনরন্বী নুপীলক্তগী অথোয়্বীদো নোংমৈ মক্ক অমগ চৎমিন্নহন্বিম্নে। অসূম্ন অরুনাচল্ন পিরেইনন ন্নারী লীরক্পগুম্ লকানুংদ খোঙ্গাঙ্ য়ৈহল্লে।

তাং ১৬। ০৩। ২০০৭

# ৪সুব পন্দুপ্

লো এন্ড ওর্দর ফব মরম্ন মখোয়্গী পুলিস্ থম্দে। হাৎন-শুনব লৈতব মফম্ ওইবনিন পুলিস্ থম্দবনি। হুই ফাওব মী উরগ খোংদে নাথৈরগ অদুম্ চৎখি। অয়ুক্ অঙম্বদ মী ঈথোক্ থোক্লক্ত্রিঙৈদ লম্বীদ চৎপ মতম্দসু হুইদি থৈদুন চৎখি। মখোয়্গী লৈরম্ব মীওইশিংন মখোয়্গী হুইদি মী চিক্তবনি হায়্। থায়্নগী অহল্শিংন তাক্পিরম্মী, 'হুই লোইহিরিব য়ূম্বু অদুন ফরগদি মী চিক্তে, মপূ অদুন ফত্তগদি মী চিক্ই' হায়্নরম্মী।

মীয়াম্গীদমক্ অমন অমবু য়াম্ন ফজন য়েংসিন্নে অফবগী থৌরম্দ। ইউরোপ্ত ঐন য়ুনিফোর্ম শেৎপ মীওই করম্ তৌবগে হায়্দুন কোইয়েং-য়েংবদ অমত উব ফংদে। ফিন্দলেন্দদ পুলিস উব ফংদব অদুগুম্ন অরুনাচল্দসু অমত উব ফংদে। অদুবু মখোয়গী এক্সট্রা এক্সিস্টেন্ট কমিস্নর অমথক্তি লৈ। থবক্ তৌব মীওইন লৈনব ক্বার্টরদি মওঙ্ তান অদুম্ সাহি। ভেটিরিনরি দিপার্টমেন্ট, ইলেক্ত্রিসিটি দিপার্টমেন্ট, পি. ডব্লিউ. দি., আর. ডব্লিউ. দি. অসিনচিংব শা-সন্গী, মীগী, লম্বীথোংগী, ঈশিংগী লোইশঙ্সিং মওঙ্ তান লৈ। মসি পুম্নমক্ ঙাক্-সেন্নব সিক্যুরিটি অমত্ত লৈতব অসিন তাক্পদি মখোয়্গী মীওইসিং অসি য়াম্ন চম্ন হিংজব ঙাক্তনি হায়্রব অদু ঐখোয়্ন উব ফংই। মনূং মপান্ অনিমক্ত লৈরিব মীওই খূদীংমক্ পূকচেল্ চপ্ মান্নন হিংমিন্নে হায়্বসি লায়্ন খঙ্ব ঙম্মী।

ঐখোয় পূম্নমক্ চপ্‌মান্নন হিংমিন্নসি হায়্‌ব অদু মফম্ অসিদ ঐন লায়্‌ন উব ফংজরে।

মহৈরোয় কয়াগী লাইরিক্ তম্ফম্‌শঙ্‌সু অদুম্ মতিক্ চান লৈ। য়াম্ন ফজন লৈঙাক্‌পসিংন থন্নায় য়াও-ন য়েংসিন্নিব লম্‌দাম্নি। চীংলৈবাক্ ওইজন্নবসু চীংগী অকোয়্‌ব খূদীংগী মওঙ্ তান পোৎচৈসু থাব উব ফংই। কোন্নেনাগ্ হায়্‌ব খুঙ্গঙ্‌দুদ চীংদগী খর কূম্‌থরগ লম্পাক্ অচৌব অম লৈ, মদুদ প্রাইমারি স্কুল্ মফম্ চান চান লিংখত্তুন লৈ। য়েক্সি খুঙ্গঙ্ অদুদসু অদুম্ মওঙ্ তান লৈহৌই। অদুবু মখোয়্‌গী য়ূম্ অদুদি হমাই মাপ্প ঊনা অদুন কুপ্পী, য়াম্ন মওঙ্ তাই য়েংবদ অসূক্কী মতিক্

নুংসিব পোক্ই। মীদি অসূক্কী মতিক্ ফৈ। অমন অমগী মতেঙ্ পাংনৈ। ঐখোয়্দি তাইবঙ্ মীনি হায়্বদো লোইন খঙ্ব মাপ্লি। মিনুংসিসু অদুম্ খঙ্ব মীওই ঙাক্ত ওইন তৌহি। চীংগী লম্বী অদুদ অসুম্ চৎপদ সিয়াং তুরেল্গী তোর্বান্ অদুদগী খর ওয়্রোম্দ ব্লাংখৎলক্লিব চীংশাং লম্বী অদুদ কোত্রা পাম্বী কয়ামরুম্ পরেং পরেং হৌব উব ফংই। কোত্রাসিংদু হেক্প মতম্দদি চীংচেপ্ ওইব মরম্ম খুদোংচাব খর ব্লাংলম্গনি খল্লী। অদুবু মখোয়্গী লম্ অদুগী মীওইদি অদুগুম্ব অদুদ খঙ্ হৈরদুন লাক্লবনিন মওঙ্ তান হেক্লম্গনি খল্লী। চীংদ পোক্প চীংদ চাউরক্প মীদি চীংদ হৈনব তাবনি। সিয়াং তুরেল্গী তোর্বান্ ওইরিব চীংশাং নাকল্ অমরোম্দ মিথুন্ হায়্নে কৌব শাসিং অদু নুমিদাংরাইরম্ ওইসিল্লক্পদ থোক্লক্লগ লম্বীদ তপ্প-তপ্প চত্তুন লৈ। মৈঙাল্ ফংলগদি চীংদ চেন্বৎখি। শাসিং অদু নোয়্ পেল্লি, য়েংবদ তূপ্-তূপ্ লাউই। মমায়্দি য়েংবদ থী। ওক্সু মাপ্লি অদুবু ওক্ল খরদি নোয়্ব হেল্লি। শা লৈব চীংনিনা খরদি উ-ব্লা কূংন হৌই। চুম্দ্রিংন চীঙ্দু ব্লাংখৎলি। মপূ ঈবুংঙোন শেম্বীরম্রিব মহৌশাগী খুৎশেম্সিং অসি য়েংবদ থম্মোয়্দ নুংসিব অম পোক্লক্ই। মখোয়্গী গাড়ী থৈনব মতম্দ অম লেপ্লগ, অমন তপ্প- তপ্প থৈরগ চৎনৈ। গাড়ীগী মৈঙাল্ অদুসু মখাদ কাপ্থৈ, য়াম্ন চীং লেম্ন থৌহি। মৈঙাল্ অম হেক্ ফংব মতম্দ মখোয়্ গাড়ী অনীমক্ তপ্থৈ, তপ্ন-তপ্ন থৈনদুন চৎনৈ। অরুনাচল্গুম্ন মবূক্ তপ্প গাড়ী থৌব লৈবম্রেহি। মরম্দি মফম্  খুদিং লোইন থুংন চৎলুরে। গাড়ীগী সর্ভিস অসি অসুক্কী মতিক্ তম্জনিংঙাহি ওই। গাড়ী থৌরিব অদু চেক্শিন্ন, থক্সী খাসী  অমগ লোয়্নন থৌব মরম্ম অকিব ফাওদে , পাখৎপ পোক্তে। সিয়াং তুরেল্ন অরুনাচল্গী ফজবসূ হেন্গৎহল্লি। অসূক্ ফজব লম্দম্ মালেম্গী মফম্ কদায়্দ লৈরম্গনি। ঈশামক্ল লম্দম্ কয়া উরুব মতম্দ শিংথাব খুদিংমক্ত, খুৎশেম্গী য়াওদব মহৌশাগী ওইব অসিদি মসিগী লম্দম্ অসিন পূম্হেন্ হেন্গদ্রা হায়্নে নীংদব ঙম্দে। পূম্নমক্সে লো এন্দ ওরদর নীংথীন ঙাক্লিব, ঈং-তপ্পব লৈবাক্ অমগী মহৌশাদুনি খল্লক্খি।

তাং ১৬।০৩।২০০৭

# ৫সুব পন্দুপ্

পান্‌গিন্দগী কি: মি: ২রোম্ লাপ্প লৈব বোলেং টাউন্ হায়্‌ন খঙ্‌নব মফম্ অদুদি অসূক্কী মতিক্ মওঙ্ তাই। লম্পাক্ ওইন তৌই। উবায়্‌সঙ্ মঙা লৈ। মফম্‌দুদ লৈঙাক্‌পসিংগী ঈং-তপ্পব লোয়্‌শঙ্‌সিংসু ৱাৎপ উদে। সোমাং হায়্‌ব তুরেল্ অমসু মওঙ্ তান চেল্লী। মখোঙ্ য়াও্‌দব অহাইব থোং, মিটর্ ১০০ মুক্ সাংব অম থেংনবদু মওঙ্ তাই। লাম্বোক্-লান্‌শিন্দ হাইব নোম্ব থেহিন তৌদে। বোলেংগী মীসিংন থাঙ্ অমমম্ মঙক্ত য়াম্ব, নাকল্‌দ থাদব অদুগ নুংসিনন ৱারী সান্নব, য়াম্ন চন্ব, পোঙ্‌ব অমত্ত লৈনদে। ঐখোয়্‌বুসু য়াম্ন লুন তৌরক্‌ই। মখোয়্‌দ নাপল্ য়াওদে। নেপালিসু খর তাই। মফম্‌সিগী নেপালিন পূম্নমক্তগী খ্বাইদগী মবুক্ ফব ফুরূপ্প্রি হায়্‌ব অহল্‌শিংন ঐখোয়্‌ন অঙাঙ্ ওইরিঙৈদ তাক্‌পিরম্মী।

অমরোম্‌দ লম্‌সিগী অকোয়্‌বদ লৈরিব লম্ ১২গী মনুংদ সঙ্গোম্ হায়্‌ন কৌব কোম্রো য়াম্ন হৌব মফম্‌দুসু নীংখিজৈ।অরুনাচল্‌গী চৎনবীগী মখাদ মফম্‌দুদ চীং অয়াম্ব মখোয়্‌গী লম্ ওইন লৈ। মপা মপুন নঙ্‌গী চীং অসিনি, নঙ্‌গীন অসি ফাওবনি হায়্‌দুন নূং য়ুংলগ মচা মচাসিংগী থম্বীরম্মী হায়্‌ন তারক্‌ই। অমগী চীং, অমন লান্‌শিল্লগ পোৎ থানদে হায়্। অসূককী মতিক্ চেক্‌শিন্ন মখোয়্ অমগ-অমগ চান্নন লৈমিন্নৈ। সঙ্গোম্‌দ য়াম্ন চাউব ফার্ম লৈ। কোম্রাবু পীক্রিঙৈদদি খর চেক্‌শিন্ন সেন্নৈ, মরম্‌দি শান নৈহৎপিবনিন। চহি মঙা ফারক্লবদি অদুম্

থাদোক্নে সেম্নদ্রে। মদুদ পাম্ব কোম্রাদো মপান্দ থাদোক্ই। কোম্রাদি অসূক্কী মতিক্ মরাঙ্ কায়ন হৌই। অদুবু চহি ৪০ হেক্ শুরবদি য়াম্বৎলগ অনৌব পাম্বী থাজিন্লি হায়্। অহাম্ব পাম্ব কোম্রাদি পীক্ই, অদুগ চহি খর য়াম্‌সিল্লক্রবদি কোম্রা অচৌব ওইরক্ই। কোম্রা থান-ব বেক্কতগী লুপা লাখ্-লাখ্ লৌই হায়ন হায়রক্ই। কোম্রা চাথোক্‌প, থুদেক্‌প 'মিথুন্' হায়্রিব শা মখল্ অদু মপূ-মপূগী মশক্ খঙ্নব মনা কক্থৎপ নৎত্রগ করিগুম্ব খুদম্ অমমম্ থম্লে। শা অমদ লুপা লিশিং ৬-৭ পী হায়্। করিগুম্ব মতম্‌দ মিথুন্‌দো কৈগুম্ব শাশিংন চাবিব তারবদি, মখোয়্ অরুনাচল্‌গী মীওইন উথক্ত লুম্‌দুন লৈরগ মিথুন্ অদু থত্রগ শান চাব নাক্‌প মতম্‌দ নোংমৈন শা অদু কাপ্তুন হাত্তোক্ই। অদুবু মখোয়্‌দি নোংমৈন মীদি হাত্তে, মীদি ওত্তে, মীবু কিহম্ব লৈতে, য়াম্ন চম্ন মীওইব মাম্ন অদুম্ পান্দুন লৈ। থাঙ্ য়েপ্পবসু মীবুদি থাঙ্গন য়াম্দে, য়াম্ন মওঙ্ তান নুংসিনন লৈমিম্লে। নোংমৈনসু কাপ্তে মমাঙ্‌দসু হায়জম্রে, পূম্নমক্ য়াম্ন ঈংন নুংসি চাম্নন হিংমিম্লে।

পরেং নহিন খারিব ইঙ্খোল্‌সিংদ লৈরিব অরুনাচল্‌গী ফুরুপ্‌সিংসি অয়াম্বন হিন্দুস্থান্‌গী মরোল্ ঙাক্ত লোইন ঙাঙ্ই। হিন্দুস্থান্ন মখোয়্‌বু নুংসিবদগী শেল্ য়াম্ন থাদরক্ই। ষ্টেট্ বেক্কনসু মীওই অমমম্‌গী ওইন পোৎ-চৈ য়োন্‌জনব, পোৎ-চৈ থাজনব, চাওখৎ থৌরম্ কয়া তৌজনবগীদমক্ত শেল্লেপ্‌কী অরাৎপ অমত্ত লৈহম্বীদে। ঙম্ন থাজনন, পূক্‌চেল্ সেংন খুৎশম্নবগী খুদম্‌সিং ফজন উব ফংই। মসিসু অরুনাচল্‌গী পুন্সিরোল্‌গী শক্তম্ অমনি হায়ব তাই।

১৬-০৩-২০০৭

# ৬ সুব পন্দুপ্

নুংসিজগ্লব তাইবঙ্ শেম্ব মপু অদুবু থাগত্তব ঙম্দে। পুম্নমক্ মহাক্ল শেম্বীব ঙাক্তুনি। অরুনাচল্গীদমক গুৱাহাটিদগী পাসিঘাট্ ফাওব লাক্খিবদুদ মহৌশাগী লাইরেম্বীন শেম্রম্বিব লম্পাক্, উ-ৱা কয়ান কূংন-কূংন হৌদুন লৈহৌরিব অদুবু নুংসিদব ঙম্দে। কি: মি: ৬০০ লোম্ লাপ্প অদু বস্-উঙাম্ তোংলগ থোঙ্নাওদ য়েং-য়েংদুন চৎপদ অৱাব খঙ্দবমখৈ চৎপ ঙম্রিবসি মহৌশা লাইরেম্বীন তরাম্ তরাম্ন কৌরক্প অদুদ ৱাদবনি খল্লী। অদুগ পাসিঘাট্তগী পাঙ্গিন্ ফাওব চৎপদ কি: মি: ৮২ সাংগ্লব লম্দুবু ৱাদন অদুম্ মহৌশা লাইরেম্বীগ নোক্মিন্নদুন চৎখিবদো মতম্ অসিদ নীংশিংলক্ই, কাউথোক্কে খল্লী কাউব য়াদে। নৌহৌনন অদুম্ নীংশিংদুন লৈ। অইব জার্জিৎন হায়্, ''নুপীদি তঙ্খায় অমন নুপীনি, তঙ্খায় অমন মহৌশা লাইরেম্বীনি।'' মান হায়্ব অদু পারুবদগী ওইরম্ব য়াই, নুপী ঐদি মহৌশাদ অদুম্ তিন্থ্রে, হন্দক্কী অরুনাচল্গী থোঙচৎ অসিদ। মহৌশাগী মতম্বাক্তে পরেং-পরেং লৈহৌব, লৌবুক্ লমহাং ওইনসু তৌবা ফৌ-চেঙ্দি থাবিদব নাপী-নারাঙ্, উ-ৱা অৱাঙ্-অৱাঙ্ব হৌব, উ পাম্বী পরেং-পরেং তুম্পক্-তুম্পক্ তৌদুন মনা অ্যায়-অ্যায় লাউন লৈতেংব, মরক্-মরক্ত চাব য়াব মনা মশীং খর মরিক্ চুম্ন হৌহৌব, অদুতবু উদুন লৈরে ঈমিংসিদ। হায়্রিব মফম্সিং অদুদি চীংগী য়াতাফম্ কয়া উব ফংদে, অশোঙ্ব লম্হাং-তুম্হাং ওইন তৌই। ফজবদি মহৌশা

লাইরেম্বীন য়াতারিব মফম্দো অদুদগী হেন্ন ফজব মফম্ কদায়দ লৈরম্গনি। হৌজিক্কী মতম্দদি মহৌশাগী ফজব লম মখৈ তুম্ন য়াম্বৎলগ ফজব পুম্নমক্ তাইবঙ্ মীওইবন নৈহৎপিস্লে। মদু কনানসু খিংব ঙম্দ্রে। অসুম্ অসুম্ অমাঙ্বগী শরুক্ক হেঞ্জিল্লক্লে। খিংনবগী পাঙ্গল্ লৈরক্ত্রে। ঐখোয়্গী ঈরৈবাক্তি অমাঙ্বন হেল্লক্লে। হায়রুবন অরাম্ব ওইরক্লে। লাইরিক্তি হৈব ব্রাখল্দি য়াওদবন খুৎ লিংলে। মসীগী ব্রারীসি শীংথাবদ লোইব নাইররোই। পাসিঘাট্তগী পান্গিন্ ফাওব চৎলিব কি ঃমিঃ ৮২ দো ফজস্লে। কনা অমত্তন মতু-মমান্ কোক্থোক্পিব লৈতে। চীংগী নাপোম্, চীংগী লৈহৌরিব লেপ্হৌরিব মওঙ্, চীং অনিগী কারক্ত চেল্হৌরিব তুরেল্ কনানসু থুগাইবিব লৈতে, শেম্জিন্বিব খক্তনি। অসিগুম্ব কয়া অম মওঙ্ তান শেম্বিরব্রিব মহৌশা লাইরেম্বী অদুতবু থম্মোয় পেন্ন খুরুম্জরি। মতম্ চুপ্পদ তাইবঙ্গ মপু ঈবুংঙোগ পূন্ন উনরম্মী। মদু পুম্নমক্ অদু অচুম্ব হায়্ব অদুতন মতম্ খুদিংমক্ত চৎনদুন লৈরম্ব অদুদগী তিম্নরম্বনি হায়্বসে অফাওব মীওইন চহি লিশীং কয়াদগী হায়্নরম্রবনি। অচুম্ব হায়্বসিনি তাইবঙ্গী মপু হায়্রিবসি। অচুম্ব ঙাক্ত ঙায়্রবদি ঐখোয়্বু শেম্বীব মপু ইবুংঙো অদুগ উনব ফংগনি। হৌজিক্তি ফজস্লব মহৌশা লাইরেম্বীগী য়াতাফম্ অদু ঊৎ ওইহল্লগ খুৎশেম্গী লৈতাফম্ ওল্হন্স্লে। অসিগুম্ব  ঐখোয়্বু শেম্বীব মপুদো মশক্ মুম্ন খঙ্ব অরুনাচল্ প্রদেশতি মহৌশা লাইরেম্বীগ খুৎশম্নদুন নুংঙাই য়াইবী মরাঙ্ কায়্ন নোক্ল-নোক্ল হরাওন ঈংন তপ্প পাম্লী। লৈনরিব য়ুম্লে কৈরৈ, তৌথোরক্লিব থৌওং খিবিক্ পুম্নমক্ অসি মহৌশা লাইরেম্বী মহাক্কী কুম্হৈনি , থৌশিন্নি। মহৌশা লাইরেম্বী হায়্ন শীংথারিব অসিনি। মহৌশা লাইরেম্বীগী খুৎশেম্বু কনান থাব লোইগনি। লোইব খম্ব নাইররোই। তাইবঙ্ন অদুম্ চৎখিনি মহাক্তি লেঙ্দন অদুম্ লৈহৌগনি। মপু ঈবুংঙো অদুবু থাগত্তব ঙম্দে।

১৬-০৩-২০০৭

# ৭সুব পন্দুপ্

পান্গিন্ হায়্ন মিংথোল্লম্ব লম্দম্ অসিগী অকোয়্বদ লৈরিব লৈকায়্ মফম্শিং অসিগী মনুংদ বাবুক্ হায়্ন মিংথোম্ব মফম্ অসিদ য়াম্ল কূংন য়ূম্ তাদুন লৈ। মখোয়্সিং অদুন পোথোক্ লৈতব মরম্ল পোৎ পুথোক্লব করি তৌশিগে হায়্দুন লৈঙাক্ লোইসঙ্দগী সেল্গী মতেঙ্ লৌহি। মখোয়্ন এম্পাং নাপী থাবগী থবক্ তৌহি। মীওইসু অরাঙ্বসু য়াওদব নত্তে। ফিরোল্ শেৎপসু ফনেক্তৌন শেৎলি।

কেবাং হায়রিব লম্দম্ অদূদন নোং ঙাম্বগ সম্ অমমম্ পূরগ মকোক্ত য়ান্সিল্লগ চীংদ পোৎ চৈ হেক্প শীং-য়েন্ থিব চৎলি। ইন্শাং নাপীসু পান্গিন্ কৈথেল্দ পূরক্তুন য়োল্লি। মখোয়্ন পূরক্লিব পোত্তো মখোয়্ন লেপ্লিব মমল্ অদুদগী তাবসু য়াদে হেন্বসু য়াদে, চপ্ চাবীদ অদুম্ য়োল্লি।

পান্গিন্গী চীং নাপোম্সিংদু লৈতেম্ মান্নরম্দব অদু মান্নব ফজন মওঙ্ তান শেম্‌জৈ। রেকু হায়্রিব লৈকায়্ অদূসু মমুৎ তান য়ূম্ পাম্ব ঙম্লব হোৎনজৈ। মহৈ-মরোং মরাঙ্ কায়্ন থাদুন পোথোক্ লৈননব য়াম্ল কন্ন হোৎনজৈ। মীগী সেন্দোন্ সিংনব হোৎনজবদ মখোয়্ তূম্ব চান খঙ্দন পোৎ চৈ থাজৈ।

রোটলূং-য়েন্সিং হায়্রিব চীংলৈবাক্তী লৈকায়্ অসিদি অসূক্তী মতিক্ নুংসিব অম পোক্তব ঙম্দে। মখোয়্গী লম্দো চীং খর কাখৎলগ অমুক্ নেম্থব মফম্ ওইব মরম্ল লৈহাওসু মতিক্ চান লৈব মফম্ ওই। মদুদদি য়ুম্শা-কৈশা অদু

য়াম্ন মওঙ্ তাই। ১৯৪২গী অনিসুব লান্জাওদ মনিপুরগী যুম্ কয়া লৈরম্ব, লান্দুদ লোইন শিদোক্খিব, মাঙ্‌হন্খিব য়ুম্‌শা-কৈশা অদুগ খর অদুম্ মান্নে। মখোয়স্ অদুম্ বেক্কতগী শেম্বং লৌরগ অদুম্ হিংনব হোৎনজব ওইন তৌই। মতম্ অমদবুদি মখোয় খর খুদোং থীনীংঙাই ওইরম্মী হায়বদো মখোয়গী য়ুম্নে-কৈরে অদুন তাক্‌ই।

য়েক্সি হায়ন মিংথোম্ব পান্‌গিন্‌গী মনাক্ত লৈরিব লম্দম্ অসিদি খর চঙলগ লৈ, ফজে মওঙ্ তাই। মনাৎকি ফিজেৎ শেৎলি নুপীদি। নুপান মখোয়গী চৎনবীদ থাঙ্ য়াম্লি। কোরেং হায়রিব লম্দম্ অদুসু য়ুম্নে-কৈরে অদুম্ মওঙ্ তাই। লোক্‌পেন্-কে মৃশিং হায়রিব লম্দুদগী সম্ অমমম্ পুরগ থোক্লকপদুসু কাউব ঙম্দে।

মোপিক্ অমদি তারুক্ হায়রিব পান্‌গিন্‌গী মনাক্ত লৈরিব লৈকায় অনিদু অসুক্কী মতিক্ চীংগী লৈতেম্ মাম্নব মফম্ ওইব মরম্ন নুংঙাইন অদুম্ লৈহৈ। থায়ন ঐখোয়গী মনিপুরদ নোংচুপ্লোম্‌দগী ব্রিটিশন লোইলম্ সন্দোক্প লাক্‌পদ লৈরম্ব মনিপুর্ অদুগী য়ুম্ খুৎশা অদু মাম্লি।করিগুম্ব মতম্‌দ ঐখোয়গী মনিপুর্‌দৌন ই-ন কৃপ্পসু য়াওই। করিগুম্ব মরক্ত ই-ন কৃপ্প য়াওরবসু , অয়াম্বদি হুমাই মাম্ব ঊনা অদুন অয়াম্ব কৃপ্পী। অদুবু চীংগী পরীং অদুদ হৌরিব টাইক্ পাম্বীসিংদু উ অচৌব অম ওইন হৌই। মনা অমদ লুপা অম পী হায়রক্‌ই। মখোয়গী য়ুম্ অদুদি য়েংবদ অসুক্কী মতিক্ নুংসিব অম পোক্‌ই, চাওখৎপ খর ৱাৎলিবদুবুনি নুংসিরিবসু। লৈবাক্ অম ষ্টেট্ অম চাওখৎপ মীমাম্নব ঙম্নব হোৎনগে নীংব মতম্‌দ অওব অম মথৌ তাই। অওব পুরক্লব হোৎনরিব অসি লৈবাক্ত খোঙ্‌হৌ য়াঙ্‌ন চাওখৎলগদবনি। অরুনাচল্ প্রদেশসু চাওখৎলক্লব হায়দুন বেক্কন শেম্বং পীরক্লিব সেল্ অসিদি, মীওইব হায়বসি করিনো কৈদৌব লাক্‌পনো, করম্ন মীওই খুদিং হিংমিম্নগনি খম্বদগী পীরক্‌পনি। মীওইবদি মী ওইন হিংব তাবনি। শা-ঙা ওইন হিংব হায়বদো ওইরক্লবদি মালেম্ অসি কৈদৌনুংদসু লৈররোই। শান হিংবন মতম্ খর হিংলম্লগ অমন অমুক্ চাথোক্লব হোৎনৈ। অকম্বন অশোম্বশিং অদু হেক্ত চাথোক্‌প নৎত্রগ হাত্তোক্‌প হৌনশানি। মীন য়োক্‌প শাদি মপূ মশক্ খঙ্‌ই, মপূ চীক্তে, তম্বীবদ অদুম্ য়াই। অদুবু তাইবঙ্ মীওইবদি ৱাখল্ লৌসিং য়াওদ্রবদি মপূ হাৎপগী থবক্ অদুম্ তৌই হায়বসে পুম্নমক্ত খঙ্‌নরব ৱাফম্লি। অমন অমবু হাৎপ হায়বসে লৌসিং ৱাৎপদগী থোক্‌পরা হায়ন খন্দব ঙম্দে। তাইবঙ্ মীওইবন কাঙ্‌বূ মশেল্ হাৎনৈ, লূপ্ মশেল্ হাৎনৈ। ইমূং-মনূংগী মীসু ইমূং অদুগী মীন হাৎলি। লৈবাক্ অমগ লৈবাক্ অমগসু অদুম্ হাৎনৈ। ৱাখল্ খম্বরব লৌসিং লৈনরব মতম্‌দ লৈবাক্ অদুগী মীওইবগী অফব লম্বীদ পূরক্‌প ঙম্‌গনি। ঐখোয়ন হিংলিব অসি অশিংব ময়াম্ অমগী থৌদৌদুন হিংলিবনি।হিংনব হোৎনদব লৌসিং লৈতব য়াদে। অরুনাচল্ প্রদেশ্‌ত ফজ-ফজব লম্ ময়াম্ অম লৈরিব অদু মখোয়গী ফুরুপ্ ৩০মুক্ তারিব অদুন ৱাখল্ খম্বমিম্নরব অমদি চপ্ মাম্নন পুক্‌চেল্ তিম্নরব মতম্

*অদূদদি নোংচুপ্লোম্গী চাওখৎপ অদুগ মান্নরক্কনি খন্দব ঙম্দে। য়ুরোপ্ত লৈহৌরিব চীং লম্বী পরীং অদূসু অমুক্ মিটর্ ১০০ রাংখৎন চৎলি, খর চৎলগন মিটর্ ৫০মুক্ নেম্থৈ, মফম্ অদূদ য়ুম্সু মথোল্-মথোল্, পরেং-পরেং রাংখৎলি। চীংসু অদুম্ তুম্পক্-তুম্পক্ লৈ। অদুন চাওখৎপ মীমান্নব হায়্বসে মী মীদ লৈরে।* চাওবু চাওখৎলবদি অরুনাচল্ প্রদেশ্ অসিসু চাওখৎপ লৈবাক্ক মান্নব ঙম্গনি।

অমেরিকাসু লৈরম্ব নত্তে। *এস্. রুসি অমেরিগো* ন পুথোক্খিবনি। লৌসিং লৈব মী খর লৈব মরম্ম ঙসী অমেরিকা হায়্নরিবনি। ভারত্সু খৃঃ ১০১ দ মোহম্মদ্ ঘাজ্নিন পুথোক্লম্বনি অদুবু তহিবঙ্ মপূ মহাক্কী ময়াই য়াওব মহাত্মা গান্ধী পোক্লক্ পদগী চাওখৎপগী থাক্ত ঙসী লৈরিব অসিনি। ভারত্ হায়্ন কৌব লৈবাক্ অসি মতম্ অমদ শুক্লব চীং ঙাক্তন লৈতেংলম্ব, নারক্-মোংশোংন থম্ব লম্ ওইন লৈরম্মী হায়্ন খঙ্হৌ উহৌব মীওইন তাক্পীরম্রবনি। অদূবু অওম্ব পূরক্লব হোৎনবিগদব মীওইসু অদুম্ থোরক্কনি, থোরক্তব য়ারোই। মসিদি মতম্ন অদুম্ পূরক্কনি। ঐখোয়ন খাম্ব ঙম্রোই। অথুব মতম্দ অমেরিকাগ চাংদম্নব য়ারক্কনি হায়্বদ হায়্মম্ব থোক্রোই। চাওখৎকে হায়্রবদি ঐ-ঐ মশক্ খঙ্ব তাই। গ্রীক্কী রাংঙুরোই সোক্রেটিস হায়্ব অদুদ পাখং মচা অমন, চাওখৎপ হায়্বসে করম্ তৌরগ চাওখৎকনি হায়্ন হংব মতম্দ সোক্রেটিস্ন, 'চাওখৎপ হায়্বসে ঐ-ঐবু মশক্ খঙ্লব মতম্দ চাওখৎপদো অদুম্ শোয়্দন লাক্কনি'। অসুম্ন রাংঙুরোই অসিন হায়্রম্বসিন খ্বাইদগী মীওইবদ কান্নব রাখল্লোন্ অম থোরক্ই। ঐ-ঐ অসী পুম্নমক্ক মশক্ খঙ্নরব মতম্দ শোয়্দন অদুম্ চাওখৎপ থাক্ত লাক্লগনি। সোক্রেটিস্ন চহি ২০০০ রোম্গী মমাঙ্দ হায়্রম্ব মতম্দুগী মীওইদি অচূম্ব চৎপনিন লাইগী ঙম্থঙনি। অদুগ ঙসী চাওখৎলে হায়্রিব মতম্সিগী মালেম্সিগন করম্ব থাক্ত.....?

১৭-০৩-২০০৭

# ৮ সুব পন্দুপ্

বেঙ্কতগী কান্ন-কান্নব শেম্মং পীথরক্রিব অসি মীওইবগী হিংবদ মতেং ওইনবনি। ষ্টেট্ বেঙ্ক ওফ্ ইন্দিয়া, অরুনাচল্ প্রদেশ্, পাঙ্গিন্ ব্রাঞ্চ হায়রিব অদুদগী পাঙ্গিন্গী মীওই পুম্নমক্ক কান্নব লৌই, বেঙ্কনসু অদুম্ পীথবগী থবক্ তৌই। মখোয় অরুনাচল্গী বেঙ্কতি খেঙ্থন থবক্ শুই। মরম্দি মখোয় মীয়াম্ন সেল্ লৌবা, সিংগৎলক্প অদু অমুক্ থানব হোৎনবদ মতম্ সাংন চঙুই। বেঙ্ককী থবক্ তৌব মেনেজরগদি য়াম্ন ৱারম্গনি হায়ন খন্দব ঙম্দে। বেঙ্ক-ক হেক্ থংনব চীংদুদগী খর কাখৎপ কিঃ মিঃ ১০০ মুক্ লাপ্নব মফম্ অদুদ পান্গিন্ ফোরেষ্ট রেঞ্জ ওফিস্কী উমং লোইশঙ্ অদু মওঙ্ তাই,ফজন থবক্ অদুম্ তৌই।

মমীঙ্ থাহৌবদু নীংশীংদব ঙম্দে-

‘Office of the Range Forest Office,Pangin

Inaugurated by:

Sh. Tapang Tuloh, Hon'ble MLA

in the presence of

Sh. C M Rao

IFS on 6th December 2006’

উমংগী মওঙ্শিংবু শেম্জিন্ খোৎচিন্ন উ পান্নী মওঙ্ তান থাব অদু

য়েংবদ অসূক্কী মতিক্ মওঙ্ তাই। বেঙ্গলোর্গী বোটানিকেল্ গার্দেন্ হায়বা অদুম্ন দি তৌদে। বেঙ্গলোর্গীদি লম্বীদ ফম্নব ফম্নফান্ ময়াম্ মিটর্ ৫০ লাপ্লন থাই, ঊনা ৱানা অমত তাদে। "খোল্ অকম্ব" ভাঙ্বিগনু থাই। অদুবু পাঙ্গিন্ টাউন্গীদি উ ৱা খর শোঙ্ঙ্ই। য়েংবদদি ফজে। উমংদ চঙ্দুন য়েংব মতম্দ পুক্লিং য়াম্ন নুংসি। ঐগী পুম্নিন হেক্ লৈরিবমখৈ পাঙ্গিন্গী ফজব চীংগী মতৌ কয়া অদু ঐখোয় মনিপুর্ ঈমা লৈবাক্কীগ অদুম্ মান্নে।

পাঙ্গিন্ টাউন্গী মখারোম্দ মফম্ খর চীংদ চৎলগ পুনে হায়ন কৌব মী কূংন তাব মফম্ অম লৈবদুদি চীংমায় অদুদ উ-ৱা য়ুংল-য়ুংলগ য়ূম সাহৌরিব অদু য়েংবদা অসূক্কী মতিক্ নুংসিব অম পোক্ই। নুংসিবী অরুনাচল্ প্রদেশ নঙ্মুক্ নুংসিব অম লৈতেকো হায়্ন খল্লি মতম্ অদুদ। তাইবঙ্ মীন হিংদবদি য়াদ, মপূ মহাক্ল শেম্বীরক্লবনিনা করম্ন হিংগনি খন্দুন কয়াদ নুংসিন লেম্লীব। লৈসাবী মশক্ মতৌ ফজবীসিং অদুন সম্ অমমম্ মকোক্ত হাপ্লদুন নোক্ল-নোক্লদুন চীং লম্বী অদুদ চৎপদো অনৌব মীরোল্সিন অরীব ওইরক্ঙৈদ করম্ন অমুক্ তৌরক্কনি। ঐদি উররোইকো! নুংসিবী অরুনাচল্! হায়্ব নত্তন করি অমুক্ হায়রুনি।

১৭-৩-২০০৭

# ৯ সুব পন্দুপ্

মোলি ভিলেজ্ হায়্রিব অরুনাচল্গী লম্দম্ অসি য়াম্ন নুংসি, চীং অদুগী মথক্ত কাখৎলগ চীংগী মতোন্মক্তি য়োৗদব মফম্ অদুদ খ্বাইদগী ফজব লম্ অম লৈরম্মী। অকোয়্বদ লৈরিব চীংশাং অদুগী মমিং দেলেং, মোপো, মোয়েম্ হায়ন কৌই। খুন্ অদুদ মী য়াম্ন তারম্মী। মদুগী খুন্ অদুগ থংনব, চীংশাদি অমত্ত ওইব, খুন্ অদুন মোরুক্ কৌই। মখোয়্ খুন্ অনিদুগী মীওই ৫০০রোম্ শুই। য়াম্ন ঈংন তপ্ন পাম্লি। য়ূম্ ১০০মূক্ সাদুন লৈরম্মী। ঊনা হমাই মাম্ব অদুন কুপ্পী। মওঙ্দি তাই, য়াম্ন হৈন কুপ্পী, ঊনা অমময়্দ পয়া অমমম্ ব্লাগ পানন পুম্সিন্নে। মহৌসাগী ওইব য়াম্ন নুংসিন্নব য়ুম্শোনি। অদুগ ফিজেৎ চাক্চাদি তনান্ তনান্নী। ভারত্কী ফিজেৎশিং অদু লোয়্ন শেৎলি। করম্বা মরোল্ লোন্গে হায়ন খন্নব তারগদি ইন্দিয়াগী মরোল্ অদু অদুম্ লোম্লি। অঙাঙ্ অয়াম্ব স্কুল্ কোলেজ্ তম্ব লোয়্ন চৎলি। মখোয়গী মওঙ্ মতৌ অদু য়াম্ন নুংসি। মখোয় লোয়্ন থোক্রক্লগ পুন্নপ্ ব্লারী-ব্লাতাই সান্নমিন্নৈ। মখোয়্ মীওই পুম্নমক্ মোমোন্ মোমোন্ নোক্ই। মখোয়্গী চীংসিং অদু মখোয়্ মখোয়্গী পন্থৈ নাইন মপূপান্দুন লৈ। মখোয়গী চীংগী মচী মচীদ চান-থক্লব পোৎ-চৈ থাবদো মখোয়্গী লৈবাক্নীদি পূক্কেনি। মখোয়্গীদি চীং অদি লৈরম্বদগী মখোয় মখোয়গী কান্নব পীবিবনি হায়ন অদুম্ খল্লী। মখোয়্দি চীংদ লৈরবনিনা চীংশাং অসি মখোয়গী ওইব তাবনি। চীংগী

পোখোক্ চীংগী লৈফম্ পুম্নমক্ মখোয়গী ঙাক্তনি। মকোক্ত সম্ অদু মরী অম হাপ্পগ পোৎ ময়াম্ অম পিক্ থন্ন হাপ্‌চিল্লগ খর তম্পাক্ ওইব চীংগী লৈতেম্ মাম্নব মফম্ থেল্ অমদ পূম্ন থম্রগ অদুম্ য়োল্লি। চীংগী ঊনা, ঐখোয়্‌নদি খঙ্দব, চারুদব মনা অদুম্ থোংলগ মখোয় মশেল্ লৈদুন পুনখি। মপুন্ অমমম্‌দ লূপা ৫-৫ পী। মখোয় মপান্‌লোম্‌দগী পুশিল্লকপ কোবী থম্‌চেৎ মাখী, কোবীফুল্, খামেন্ অশিম্বা, আলু, অতৈ-অতৈ চান-থক্লব পোৎচৈ ময়াম্ অম অদুদি য়াম্ন তাঙ্ই। কোবিফুল্ অমদ লূপা ২০ পী। মখোয়্ অরুনাচল্ প্রদেশকীদি অয়ুক্ য়াম্ন ঙন্ন চাক্লেন্ চাথোক্ই, থবক্-ইন্‌খাং নংনব তৌব ওইরম্ব য়াই। লাইসু অদুম্ নীংই। মখোয়্‌ন নীংব লাইদি দোলিয়ি-পোলো ( নূমিৎ-থা) অসি নীংই। মখোয়্‌ন তৌরিব অসি খ্বাইদগী অচূম্ব ওইগদ্রা হায়্‌ন খন্দব ঙম্‌দে। পূম্নমক্‌পু শেম্বীব হায়্‌ব অসে নূমিৎ অসিনি। নূমিৎ লৈতন কনানো মালেম্‌সিদ হিংদুন লৈব ঙম্‌গদব। কাঙ্‌লোন্ন হায়্, নূমিৎ, হইদ্রেজেন্ নি অদুন চাক্লিব অদু লোইব নাইগনি। চহি মিলিয়ন্ ৬কী মতূংদদি লোইন চাক্‌থোক্‌খিদুন নূমিৎ লৈররোই। অদুবু মদুদ অহৈ অসিং, মপূ মাগী ময়াই চেম্ব মীওই খর পোক্লেক্লবদি করম্ তৌব। খঙ্ব ঙম্‌দে তহিবঙ্সে। লাইনীং লীক্লম্ হায়্‌বসে অচূম্ব অদুনি হায়ন গুরু নানক্ল হায়রম্মী। মান হায়রম্রিব অদুদি খ্বাইদগী অচূম্বনি। লাই অসি অসুম্ নীংলব, অচূম্বদি তৌদ্রব করম্ন লাই নীংবনি হায়্‌গনি। অচূম্ব অদুতবুনি তহিবঙ্ মপূ হায়্‌রিব অসি। অচূম্ব খিবিক্ল লোইন খুদুম্ চম্ব ঙম্রিবনি। অচূম্ব লৈত্রব তহিবঙ্‌দু অদুম্ মুৎচম্লগদবনি। অচূম্বদি লেঙ্‌দন লৈরগদবনি। লাইনীংলোন্ হায়বদি মীওইবন শিংবদ চৎনরিব চৎনবী ময়াম্ অদু অচুম্ব ঙাক্ত ওইগদবনি। নূমিৎ থা-থব্রান্‌মিচাক্ অসিন ঐখোয়্ খ্বাই পুম্ব হিংহল্লিবনি। অদুন লম্‌দম্ অসিগী মীশিংন দোলিয়ি অমসুং পোলো নীংজরিব অসি থাগৎনিঙাইগী মশক্নি। মীগী লাইনীংলোন্, মীগী লাই রায়্‌রগদি নীংদে মখোয়্‌গী অশেংব লাইদু নীংজৈ। মালেম্‌গী অফাওব ফ্রিউদদ্‌ন হায়্‌বীরম্মী - লাইনীংলোন্ হায়্‌বসে মপাবু নুংসিব রাফম্‌দগী থোরক্‌পনি হায়্‌ন মান থাজৈ। মসিমসু অচূম্ব ওইব য়াই। ঈমা ঈপা নুংসিব অসি য়াম্ন কান্নে। মখোয়্‌ন ঐখোয়্‌বু পোক্‌পিরক্লে অদুগ ঙসিগী ফিভম্ অসি য়ৌনব হোৎনবিরক্লে, অদুনদি করিগী লাই ওইরেইদগে ঈপাদো। ঙসি মালেম্ অসিদ ঈপান ঈমান পোক্‌পিরে, পুম্নমক্ উহল্লে, খঙ্‌হল্লে, নীংহল্লে। অদু ওইরবদি ঈপা-ঈমা নীংবসি লাইনীংলোন্ ওইগনি হায়্‌বসিসু অচূম্ব ওইগনি খল্লি। মালেম্ অসিদ লাইনীংলোন্ তোঙান্-তোঙাল্লি, মরম্‌দি অশিংব, লাইগী ঙম্‌থঙ্ ওইবসিং অদুন লাইনীংলোন্‌সি পুথোক্লেম্‌বনি। মরম্ অদুন তোঙান্-তোঙান্দব য়াদবনি। অদুবু লাইনীংলোন্দি অমত্তনি। পূম্নমক্ লোইন খঙ্ব ঙম্‌গে, নত্রগ খর্‌খর খঙ্ব তম্‌গে হায়্‌ব তারবদি, খ্বাইদগী মরুওইব মীওইবদ চঙ্‌দ্রব য়াদ্রব লৌসিংগী পূক্কে ওইরিব লাইরিক্ল খ্বাইদগী মরুওইব অমনি। লাইনীংলোন্ হায়্‌বসে করিনো, করম্ন ওইরক্‌পনো, করম্ব মওংদ লাক্‌পনো হায়্‌বনচিংববু থায়্‌নগী চহি কয়া কয়াগী মমাঙ্গী লাইরিক্

পারগ খঙ্ব ঙম্মী। মতাঙ্ অসিদ লাইরিক্ হায়ব অসি করিনো? হৈ-কন্না চন্দ্রা খন্গৎপদ তীন্জং-কায়্জঙ্দব, হৈজিং ফাদব অবূইব অপৎপ পুম্নমক্ খন্দোক্লগ অফবদো খোম্জিন্নগ মীওইবদ য়েঙ্হোক্ই। তাইবঙ্ মীন চানব ওইরক্ই। অদুগুম্ন লাইরিক্ হায়্ব অসিদি ন্নাহৈ অমন হৌরগ ন্নাহৈ কয়ান পরেং লেংলগ ন্নাহায়্ অম লোইসিল্লি। মদুবু লাইরিক্ কৌই। লাইরিক্ অসিদগীনি লাইনীংলোন্ হায়্ন মীওইবন খঙ্নরিব অসি। মসিদ ঐখোয়্ন লম্-লম্গী মীসিংন চৎলিব লীচৎ, লাইনীংলোন্গী মরম্দ নৈনরিব পুম্নমক্ অসি লাইরিক্তুগী লায়্ন খঙ্ব ঙম্মী। লাইরিক্তি লাইনি। মতম্ অসিগী লৈহৌরিব অরুনাচল্ প্রদেশ মনুংদন করি অমুক্ ওইরক্প হায়্বদো লাইরিক্তুগী লায়্ন খঙ্ব ঙম্গনি। লাইরিক্তি লাইনি হায়ন অফাওব মীওইশিংন কুইরবগী মমাঙ্দগী হায়রম্নবনি।

১৮-৩-২০০৭

# ১০সুব পন্দুপ্

পাঙ্গিন্দগী অলোং ফাওবগী ল
ম্বীদি চীংগী শরুক্ত লোয়্ন চৎলি। চীংনি-ন নৈথোক্-নৈশিন্ তৌবদ অসুক্কী মতিক্ নুংঙাইতব অম পোক্ই। য়েৎলোম্ থংবদ তুরেল্ অচৌব অম চেল্লি। মমিংদি সিয়োং তুরেল্ হায়্ন হায়্। চিনাদগী চেল্লক্প সিয়াং তুরেল্ অদুগ খর খেম্নে। সিয়াংদি য়াম্ন লুবনি, ঈশিংসু মচু অম তৌই। সিয়াং তুরেল্দি চিনাদদি সিপু তুরেল্ কৌই হায়্ন হায়্। সিয়োং তুরেল্ মরাক্ত মিটর্ ২০০মুক্ পাক্ই। অদুগ নূং মচা মচা মপান্দ য়াম্ন তাই। অদুগ থেম্বসু ঈথেন্ থেম্লি। লাম্হোক্-লান্শিন্ তৌবদ শোক্-পন্গদব লৈতে। মদুগী চৎফম্ অদু অসুক্কী মতিক্ নুংঙাই। ঈং তম্লী। তৌবতবু লম্বীগী য়েৎলোম্থংবদ ঙম্থম্লিব অদুগ সিয়োং তুরেন্লোম্দ চৎথখিব অদুগদি ঙম্লপ্ তৌব মরম্ন খর কিব ফাওদব ঙম্দে।

য়েঙ্গি সিয়োং তুরেল্, লোক্পাং-১, লোক্পাং-২ হায়্রিব মফম্ অদু য়ূম্ মরাঙ্ কায়্ন তাই। লম্বীদুদগী মথক্ত খরদি চৎখৎলি। য়াম্ন নুংঙাইন ঈংন চীক্ল মহৌশা লাইরেম্বীগ তিম্নতোৎনদুন নোক্লুন হরাওন নৈমিন্নহৌই। মখোয়্দ নুংঙাইতব রাখল্ নুংনাংব অমত্ত লৈব মান্দে। পোক্লফম্ লম্দম্ নুংসিবীনি হায়্দুন চীংথক্ অদুদ ঊনান কুপ্ন য়ূম্ অদুদ য়াইবী মরাঙ্ কায়্ন মপুঙ্গি লেল্হৌই।

দাল্দা ৭ তর্রাক্ ৭ নোংপোক্ সিয়াং, নোংচুপ্ সিয়াং লাওম্ জিনীং

হায়রীব অসিন অলোংগী মনাক্ত তাব লৈতেম্ মান্নব মফম্‌সিংনি । মসিদ ফজ ফজরব হৈ-রা থাহৌই, কম্‌লা পাম্নীসু অদুম্ মরাঙ কায়ন থাদুন চীংগী লৈতেং হাপ্তুন লৈহৌই। অসুক্কী মতিক্ নীংথিজে। মাগী-মাগী লৈখি-লৈখিবদুন অদুম লাইরৈবাক্তগী নুংঙইব হেন্নি হায়নৈ। পোক্রুফম্ব নুংসিব পোক্রুফম্‌দগী হেন্ব করি লৈ। মীওইব খুদিংন মমা লৈবাক্ নুংসিদব য়াওদে। য়াওব্লোয়্সিংন ঙসী মমা লৈবাক্কীদমক্ত উমং-রামংদ লোত্তুন চাব-থক্‌প ফংদন অফঙ-অফঙব চাদুন, চাব ফংদ্রব মতম্‌দ অদুম্ লাম্ন-লাম্ন চাদন মমা লৈবাক্কীদমক্ত অন্নাব খাঙদুন মমা লৈবাক্পু কন্নব হোৎনরিব। মমা লৈবাক্ অদু নুংসিবদগী মীন মুন্‌খিগদৌরে খন্দুন কয়াদ রান অহিঙ তুম্‌দবমখৈ লেপ্পীব, অদুবু য়েক্রুবন খঙহৌদন লুম্-লুম্‌দুন মরৈবাক্ নীংবমখৈ মমাগী মতম্‌বাক্ত ঈখেংলক্ত তাহল্লি। মসিন তাক্‌পদি ঐগী ঈমান পোক্রিব পোক্‌ফম্ ইরম্‌দম্ অদো উমং ওইরে, ঈমা লৈবাক্, চীং নাপোম্ ওইরে, ঈমা লৈবাক্, চীংলোন্ মাপন্ন কোয়্‌সিন্ব মনিপুর ওইরে। ঈমা লৈবাক্পু নুংসিদব কনা য়াওবগে তাইবংসিদ। অদুগী মওঙ অদুদ অরুনাচল্ প্রদেশ হায়্‌রিব, তম্পাক্ থেইন লৈজদব, অন্নাঙ্ব চীংশাং চীংশাংদ য়াতাদুন লৈরিব চীংমীশিংদো মমা লৈবাক্ চীংলৈবাক্ অদুতবু নুংসিন কোম্সিন্দুন ঈংন তপ্ন মাগী মাগী চীং, অসিফাওব, অসিফাওবনি হায়্‌দুন সেন্নদুন থম্নরি। মদুতবু য়েংজবদ নুংসিদব য়াওরোই। ভারত্‌কী অরাং নোংপোক্কী চীংজাও ময়াম্ অসিদি অসুক্কী মতিক্ য়াম্‌ব্রে। চীং কয়া সু বগে হায়্‌ন হংবদ কনামত্তন খুন্ন ঙম্রোই। অসুক্কী মতিক্ য়াম্‌ব্রে। পাঙ্গিন্ তাউন্দগী অলোং তাউন্‌ফাওব কি.মি ৩৫নি, পঙ্শাং সাংদে। অলোং হায়্‌রিব টাউন্‌সি মোরে কৈথেল্‌গ খর মান্নে। অদুবু মোরেদদি পোৎয়োন্‌শঙ পরেং-পরেং লৈরিবশিং অদু মওঙ ফজন তাই। মরম্‌দি চীং ওইন তৌদ্রে। লম্পাক্ ওইন তৌরে। অকোয়বদ লাপ্ন লাপ্ন চীং উরবসু লৈতেম্ মান্নব মফম্ ওইবন য়াম্ন মওঙ তাই। পরেং অমগী মতুংদ মথং মথং ওইন অদুম্ পরেং পরেং সাদুন লৈ। পোৎচৈসু ভারত্‌কী ব্রান্ডগী পোৎচৈ লোয়্‌ন সু ন য়োম্নী। কৈথেল্ অমগী মহৌশাদগী অন্নাৎপ লৈতন য়োম্ব পোৎচৈসিং লোইন য়োম্লী। পোৎয়োন্‌শঙদ ফম্নিব মীওইদি ভারত্ মচা, অলোং মচা, মনিপুর্‌গী মীওইসু য়াওরম্মী। খোংহাম্‌পাত্তগী মীতৈ মচা অম, তেরাদগী মীতৈ মচা অম, তেরাগী বেহিজ স্কুল্ লিংখৎলম্ব অহল্ অদুগী মস্তুনূপানি হায়্‌রক্‌ই। মতৈ মচা খর উরক্‌পদ অসুক্কী মত ীক্ নুংঙইব পোক্‌ই। ঐগী ঐগী ফুরুপ্ অসীদি লম্ লাপ্ন চৎপদ ঐখোয়্‌গী ঈনাৎকী ফিজেৎ অসি শেৎপ হেক্ উরক্‌পদ মসীদি হায়্‌দুন অদুম অমন অমবু হেক্ত চিংসিম্বনিনা নুংসিরব নুপামচা অদুন ঐখোয়বু উরক্‌পগ হেক্ত থোরক্তুন কৌরক্‌ই, কদায়্‌দগীনো হংলক্‌ই। ঐখোয়্‌গী লৈফম্ খঙদোক্লগ, মাগী লৈফম্ হৌরক্‌ফম্, মাগী কাঙবু লৈফম্ লোইন নোক্রে-নোক্রদুন হায়্‌রক্‌ই। খোয়াখোংদ মাগী মচে অম লৈ হায়নসু হায়্‌রক্‌ই। কয়াদ নুংসিম্রব তাইবঙ মীগী লোন্‌চৎ। ঐগী কাঙলুপ্, ঐগী ওইব ফুরুপ্‌কী মী, ঈরৈবাক্ অসিবু নুংসিদব মী লৈরম্রোই। নুংসিব হায়্‌বসী

চাউরব ব্লাখল্লোগ্নি। নুংসিববু লৈরবদি পূম্নমক্ অমত্ত ওইন ঈংন-তপ্ন লৈমিন্নব হাৎন-সূনব, মীওৎ-মীনৈ লৈতন পূম্নমক্কী অফব পূরক্‌প ঙম্মী। নুংসিব হায়্‌ব অসিদগী হেন্ন চাউব পোৎশক্ অম মালেম্‌দ লৈতে। নুংসিব হায়্‌ব অসিদগী হেন্ন ব্লাংব অম লৈরম্‌গনি নীংদে।

অলোংগী লৈতেম্ মান্নব মফম্ অদুদ ষ্টেদিয়ম্ অম লৈহৌই। মদুগী ষ্টেদিয়ম্ অদুগী মমিং আলো গ্রাউন্ড হায়্‌ন কৌই। মদুগী ষ্টেদিয়ম্ অদুদ অঙাঙ্ মথোৎ কারক্‌প পাখঙ্ সান্নরেই ময়াম্ অম সান্নদুন চেন্-চোংদুন সান্নব অদু য়েংবদ নুংঙাই, মীওই খরসু ক্রিকেৎ সান্নহৌই। অয়েংব ময়াম্ অমসু অদুম্ লাউ-লাউদুন পূন্ন ফম্‌দুন য়েংমিন্নহৌই। অদুবু ফোরেন্ কন্ত্রিগী ষ্টেদিয়ম্ অদুগদি অসুক্কী মতীক্ খেন্নে। সান্নবদ থব্লায় য়াওব অদুবু নুংঙাইজবগীনি। ভারত্‌কী নেহরু ষ্টেদিয়ম্, কান্তিরভা ষ্টেদিয়ম্ মালেম্‌গী ষ্টেদিয়ম্ কয়া লৈহৌরিব সান্নফম্ অদুগদি মওঙ্ মান্নৈ হায়্‌বনি। ইউরোপ্‌কী ষ্টেদিয়ম্‌দি গ্রাউন্ড অদুগী লৈমায় অদুদ থারিব নাপী অদু ফাওব ফুট্ ১০-২০মুক্ থাপ্নন থাই। মচুদো তোঙান্ তোঙান্ন মচু থাই। মচু ফাওব মান্নহন্দে। অদুগুম্নব চাওখৎলব লৈবাক্ কয়াগী মতৌ তম্নক্নুন হকচাঙ্ ফননবগী লম্‌দ চখরক্লিব অদুবু নুংসিদব ঙম্‌দে। মীওইবগী হকচাঙ্গী কয়াৎ ময়াম্ অসি লেঙ্-ওৎপ য়াওদ্রবদি অমমম্ সিথরক্কদবনিনা সান্নব হায়্‌বসি পুথোক্রুত্রিবনি। থম্মোয়, থবোক্নী, খোংজাবী হায়্‌রিব হকচাঙ্গী কয়াৎসিং অসী সান্নবন ফগৎহল্লি। সান্নবন নুংসিনবসু পুরক্‌ই। সান্নব হায়্‌বসে অথোয়্-অহেন্ তান্নবগী ব্লানি। চেন্মীন্নরিবসিং অদু অদুম্ নুংসিনন চেল্লীবনি। ান্নবন পূম্নমক্ অফব পুরক্‌ই। গৃক্ হায়্‌রিব লম্ অদূদ নিংথৌ য়াম্ন পাল্লম্মী। অমগ অমগ খৎনদুন লান্ তৌনদুন মতম্ পুম্বদ লৈরম্মী। অদুদগী ওলেম্‌পিয়া কৌব নিংথৌদুন নিংথৌমখৈসু য়াওন সান্ননব শীন্দুন সান্নমিন্নে। অথোইব তাব নিংথৌ অম অনিদ ওলেম্‌পিয়া হায়্‌ব লুহপ্ অম উপ্নীদুন মনা লাউথোক্‌ই। মদুদগী মখোয়্ মশেল্ খৎনবশিং অদু লোইন তোক্‌খি। ঙসী ফাওব ওলেম্‌পিক্ হায়্‌দুন তৌরিব অসিনি। অদুন ঙসি অরুনাচল্ প্রদেশ চীংনৈপাক্ অসিন 'আলো গ্রাউন্ড' হায়্‌দুন মিংথোন্ন ষ্টেদিয়ম্ অম পুথোক্নুন অঙাঙ্ নহারোল্ ময়াম্ অম সান্নহল্লিব, মশা ফনব, তীন্‌জঙ্ কায়্‌জঙ্‌দনব, নুংশি-চান্নন হিংমিন্ননব তৌরিবদু কয়াদ নুংসিনম্নব হায়্‌দুন হায়জবগী ব্লাতনি।

সেন্ট থোমাস্ স্কুল্ হায়্‌ন মওঙ্ তাব স্কুল্ অমসু লৈহৌই। মখোয়্ অয়ান্ন ট্রাইবেল্ ওইরবসু হিন্দী লোইন ঙাঙ্ই। অঙাঙ্ অহল্ খায়্‌দে লোইন হিন্দী ঙাঙ্ই।

১৮-৩-২০০৭

# ১১সুব পন্দুপ্

তাইবঙ্ মপূন শেম্রক্লিব থৱায পান্ব পুম্নমক্তগী তাইবঙ্ মীওইব হায়্বসিন খ্বাইদগী ৱাখল্ খন্ব ঙম্ব কাঙ্লূপ্নি। মীওইবন ঙসী ঙম্দব কবি লৈরিবগে। অসুম্ য়েংবদ ঙক্তব ঙম্রক্তবে। থাদ ফাওব খুন্দানব তাইবঙ্ মীন হোৎনরক্লি। হোৎনবদসু ঙম্রেইদব করি লৈ। মীওইবদি লাইনি, লাইদি মীন শেম্বনি হায়্ন মালেম্গী অফাওব কয়ান ঙসী ৱারী লাইরিক্ত ইরি। মহৌশা লাইরেম্বীগী মসাইকোন্ অরুনাচল্ প্রদেশ্ত ৱাংল-ৱাংলব, কুৎন-কুৎলব, ঈশিং ঈচেল্ মবক্ত, শা ঙা মরক্ত উজাউ ৱাজাও মরক্ত মীওইবন হিংবদ চঙ্দ্রবা য়াদ্রব পোৎলম্ সুনব থাদুন য়ূম্ কৈ সাদুন কয়া নুংসিন লৈরিব। য়াম্ন ঙক্লিংঙাইগী মশক্লি তাইবঙ্গী কুম্মৈ। ঙম্দবদো ঙম্নব হেক্ত হোৎনৈ।

অরুনাচল্ প্রদেশ্তি অৱাং নোংপোক্কী ষ্টেট্শিংগী মনুংদ খ্বাইদগী চাউব লম্ অমনি। পাঙ্গিন্ ফাওব চৎপ অদুদ নোংপোক্লোম্দদি মী তাব, লৌ উব, পোথোক্ লৈব মফম্নি। চিনাগী ঙম্খৈ ফাওব চৎপদ য়িংকিয়ুং, খর চৎলগ অমুক্ গেত্তে, অসুম্ন মথং মথং লম্বীদু চৎপ মতম্দ পক্লিং, অসিদগী খর অমুক্ চৎপদ লিকোনো, অসুম্ন অসুম্ লম্ লম্ খর চৎলগ লৈরি। ফালিং, অমদি অঙ্গিং অসুম্ন লম্ লম্ মওঙ্ তান নৈহৌই। অসুম্ য়েংবদ ফজে। অদুবু চীংন থেঙ্কোয়্-নাকোয়্ চৎপ অদুতগী ৱানি। মদুদ চৎলিব, লম্ অদুগী অৱাং মায়কৈগী মখা কুম্থখিব

শরুক্সিং অদুদি লৌউ-শিংউব অমদি মহৈ-মরোং থাব মীওইবন শীজিন্নব য়াব মফম্ ওইদব মফম্ ওইবন মী তাব য়াদে। করিসু থোইন কান্নব ফংহন্দে। মফম্ অদুদ লৈরিবসিংদো সিনোং ফূরূপ্ ঙাক্তুনি। চাউরাক্র চিনাগী ঙম্খৈফাওবগী অরাপ্প অদু কি.মি ২৫০রোম্ ওইগনি। তুলিংদগী কি.মি ৫ চৎলগ য়েলিং, চিনাগী ঙম্খৈ লৈরে। সিয়াং তুরেল্ মনাক্ত তারিবসিংদি ক্সালা, মেম্লিং, পাঙ্গো, তুলিং অসুম্ন ট্রাইব্শিং অসিদি য়াম্ন মশা মশাগী ৱাখল্ লৌসিং লৈজব ঙাক্ত ওইন তৌই।অচৌব কৈথেল্ অমদি ঐখোয় ঈরৈবাক্ মনিপুরগী চীং মান্ খর লৈব মফম্দদি উচেক্-ৱায়া কয়া খোংব তারবসু, মহৌশা, অনিশুব মালেম্গী লাঙ্জাও মমাঙ্দদি উচেক্ল নুংসিন খোংব তারম্রবসু হৌজিক্কী ওইন ২০০৭তদি তাব ফংব খর ৱারে। অদুবু অরুনাচল্ প্রদেশ্ হায়্‌ন মিংথোল্লম্রিব, ভারত্‌কী প্রাইম্ মিনিষ্টর্ ওইরম্বী ইন্দিরা গান্ধীন, অসুক্ ফজম্রব নেফা কৌরম্ব লৈবাক্ অসি অৱাং-নোংপোক্ লম্দম্দদি শিংথানিঙাই ওইরে। ইন্দিরা গান্ধীগী মপান্দগী নীংথিন ফজরে। উচেক্শিংন খোংব খোম্লাং সুব সৈহেক্কী তাম্বা কয়াদ তাব নুংঙাই। ফজন মফম্ অমদ উচেক্ ময়াম্ অম য়োক্লুন নোংমদি থম্রক্কনি হায়ন খন্দব ঙম্দে। মরম্দি মখোয়্গী মীওইসিংসি অসুক্কী মতিক্ মপুক্চেল্ চাউই, মিনুংসি লৈ। অমন অমগী মতেঙ্ ঈতেঙ্ পাংনিংই। য়েংবদ অদুম্ খঙ্ব ঙম্মী মখোয়্‌ন ঙাঙ্খোরক্প তৌথোরক্প থৌদৌ অদুন অদুম্ মখোয়গী থম্মোয়্‌দ খম্লীব ৱাখল্, মিনুংসি চাউব, মীয়োক্ মীচান্ ফব অদু অদুম্ উখোক্লক্কই। মপুক্চেল্ চাউব তাবনি, মরম্দি মহৌশা লাইরেম্বীগ অদুম্ শাগোম্নবদুন অয়ুক্ নুমিদাং লৈমিন্নরম্ল নিনা, মহৌশা লাইরেম্বীগ মাম্নরক্প তাবনি । অচুম্ব হায়্‌ব পোৎশক্তুগ মতম্ চুম্লদ তিম্নদুন লৈরক্লবনিনা অচুম্ব অদু মতৌ তম্রক্প তাবনি। হুই হায়্‌ব মপূ নীংব শা অসিগী মরম্দ ইব লাইরিক্ অম পাবদগী খঙ্ব ঙম্খি। মদুদি হুই হায়্‌সিদি মপূ অদুক্কী মতীক্ নীংই। মপূন মহাক্কী মমৈ অদু কক্থৎলব মতম্দ মপূদ মমীৎ অদু তরং-তরং পাঙ্দুন নুংসিন য়েংদুন লৈ হায়্‌নৈ। মরম্দি মপূন ঐবু নুংসিদুন তৌরিবনি নীংদুন। মপূ নীংবনিনা মপূন তৌরিব থৌদৌ খূদিংমক্ তৌই হায়। মপূ অদুন মীগী ফত্তনব তৌব মতম্দ হুইসু তম্মী হায়্। অফব তৌবসু হুইন তম্মী হায়্। অদুন মপূন মীগী ফত্তব তৌরবদি হুই অদুন মী অঙৌব ময়ূম্দ লাক্পদসু চিক্ই হায়্। হুই অমন মী চিক্প মতম্দ মপূ অদু ফত্তবনি হায়্। অরুনাচল্গী ফূরূপ্সিং অদু য়াম্ন ফব মরম্ন ময়ূম্ ময়ূম্ চঙ্‌ব মতম্দ করিসু খোংদে, মপূগ চপ্ মান্নে।

ইন্দিয়া গোভর্নমেন্টতগী সেল্গী মতেঙ্ মপূ অমগী চীংমায়দ কম্রা থানব লাখ্ ১৫ অদুম্ লৌনব হোৎনৈ। গোভর্নমেন্টনসু অদুম্ পীবনিনা মখোয়্ কম্রা য়াম্ন মরাঙ্ কায়্‌ন পাম্লি। কম্রা অসিদি য়াম্ন হোঙ্ই, লুপা ২০গী কম্রা ঐন থাংবদ খর লূম্ন থোক্ই।

চিনাগী ঙম্খৈ ওইরবসু অরুনাচল্ প্রদেশ্‌কী চীংমীসিং অসিদি য়াম্ন চম্ন লৈবনিনা মতূংদ করি ওইরক্প হায়্‌বদুদি তম্ব ঙম্দে। চিনাগ নক্লন তাইনরবসু

চিনাদি, মখোয়্গী মওঙ্দি ৱারী লাইরিক্ত খঙ্ব ঙম্বনিনা করি তৌরক্কনি হায়্ব ঙম্দে। থংনব হায়্বসে য়াম্ন নুংসিনব হৌনসানি। করেংগন্জ্ অমদি বঙ্গলাদেশ্ অনীগী তাইনফম্ তুরেল্ অম নাকল্ নাকল্দ লৈনবদো কয়াদ য়েংবদ নুংসিব ভারত্সু বঙ্গলাদেশ্সু অনী অদু লেপ্তুন য়েংব মতম্দ কয়াদ থম্মোয়্দ ইথিল্ অম ফাওরক্ই। অদুগ চপ্ মান্নন চিনা অমদি অরুনাচল্ প্রদেশ্ক তাইনব অদু কয়াদ নুংসিব। তাঞ্জা অসিদ নক্লব লম্ ওইবন ৱারী অম নীংশিংলক্ই। অসোক্ দি গ্রেট্ হায়্ব ভারত্ত পাল্লম্ব নিংথৌ অদুগী চাদা নাউদাসিং অদু চিনা-ন গ্রেট্ ৱাল্ সাবদ য়াওহল্লি অদুগ য়াদব মীসিং লৈবাক্ তৌথোক্লগ ফুম্জিল্লি। গ্রেট ৱাল্ সাবগী সেল্সু পীবিদে হায়্। অদুগ মীয়াম্দো ফূরগ তাম্হোক্ই হায়্। মদুদগী বর্ম্মা অমদি মনিপূর্দ চেল্লক্তুন খুন্দাথি হায়্ব অম লাইরিক্তগী ফংখি। মদু খঙ্বদগী ঙম্থৈ মনাক্ হেক্ য়ৌবগ ৱারীদু নীংশিংলক্তুন চিনাবু কিব অম পোক্লক্ই। অরুনাচল্ প্রদেশ্কীদি অদুগুম্ন মীন হিংচাবগী মওঙ্দ সান্নরক্প অদু য়াওরক্কনি থাজদে,ওইসু ওইরক্লেহিদ্রা হায়্ন খল্লি। মরম্দি মখোয়্গী লম্দো মহৌশা লাইরেম্বীন তাইবঙ্ মীবু লুন লোয়্নবী, চীং লৈবাক্ ওইব মরম্ন ওইব য়াহি। চীংসু কৈদৌঙৈদসু তেম্থোক্প লৈতে, লৈতেম্ মান্নব খির খিরগ লৈবদৌন তৌই। চীং কাফম্গী থাক্ থাক্ হক্প অদুসু খোঙ্ফম্ ২-৩দংগী থম্মী। পাক্ল চাউন চীং কক্থত্তে। মহৌশা লাইরেম্বীবু য়াম্ন নুংসি চান্নন লোম্দিন্নে। অসিগুম্ব মীওইবগী লোন্চত্তি মফম্ কয়াদ চৎলূরবসু মালেম্গী মফম্ খুদিং চৎলুরবসু মখোয়্ অরুনাচল্ প্রদেশ্ত লৈরিব ফূরূপ্সিং অসিগ পূক্ ফব থোইন মান্নদে, মখোয়্ন ঈতোপ্ তোপ্নী। য়াম্ন তপ্ন ঈংন পাল্লি। সম্দ পোৎ খর হাপ্লগ পোৎ অচা অথক্ য়োম্ব লাক্প মীওইসু ঙাঙনবদ অসুক্কী মতিক্ ঈংই, তপ্নী, মীনুংসিগ লোয়্নন অদুম্ পীরম্মী। মখোয়্গী থম্মোয়্দি লঙ্জব লৈত্রি হৌজিক্ ফাওব। মতূংদ করি ওইরক্প অদুদি তম্ব ঙম্দে। নুপীশিংন ফনেক্ শেৎলি সম্ পুই। শম্ সাংবসু য়াওই, শম্ তেন্বসু য়াওই। নুপান অঙাঙ্ মচাসিংদো নাহোং সারগ পোয়্। বর্ম্মারোমগী ফিরোল্ অয়াম্ব শেৎলি। খ্বাঙ্গী তেম্ন থায়্ন মনিপুরগী চৎনবী ওইন সাবদো অদুগুম্ন মখোয়্সু সাই। মখোয়্গী য়ূম্ অদুগী মনূংদ ফি সাই। মখোয়্গী য়ূম্দুদি ৱা ময়াম্ অম য়ুংখৎলে ৱা ফক্লোংগুম্ব অদু খাজীল্লে, অদুগ ফি সাই, য়াম্ন নুংসি।

২০-৩-২০০৭

# ১২ সুব পন্দুপ্

মহৌশা লাইরেম্বীগী তম্পাক্ত য়াতারিবী অরুনাচল্ প্রদেশত অসুম্ কোয়্ন চৎপ মতম্দ আডি ময়ায়্ন বৃন্দা লৈতাদুন লৈব লম্ অম উরুরে। পাঙ্গিন্দগী কি:মি: ১৫ চৎলগ লৈব মফম্ অমদ চাগী বগান্ অম কয়াদ ফজন লৈতাদুন লৈরম্মী। চা বগান্দু ''দোনিপোল্'' হায়্ন মখোয়্গী লাইগী মমীং অদু লৌদুন থোল্লী। য়ায়্ন মওঙ্ তাই আডিশিংন মখায় য়াওন শেম্গৎচবনি। মখোয়্গী লম্গী প্রাইম্ মিনিষ্টর্ গেগোং অপাং হায়্ব অদুন আডিশিংগীদমক্ত হায়্দুন চা বাগান্ অসি শেম্বীরম্বনি হায়্। চীংলক্ত চা বাগান্ অম লৈব হায়্বসে য়ায়্ন ফৈ হায়্ন খল্লী। য়ায়্ন মওঙ্ তান থাই, মরক্ মরক্ত উ পাম্বী থাব অদুসু য়ায়্ন নুংসিব অম পোক্ই। অসাম্গী মফম্ খুদিং চা বাগান্ কয়া মরুম্ পরেং-পরেং নাইন হৌহৌব থাহৌব অদুগুম্ন অদুম্ তৌই করি অমত খেন্নব লৈতে। চা হায়্ব অসিদি ভারত্ কী অরাং নোংপোক্ লম্দম্দ অসুক্কী মতিক্ মরাঙ্ কায়্ন থাই। মদুন মখোয়্গী হিংনবগী পাম্বৈ অম ওইন লৈরিবনি।

খা নোংপোক্ লম্দম্গী ওইন অরুনাচল্ প্রদেশ হায়্ন মিংথোম্বিরম্ব চীংলৈপাক অদুগী লৈতেম্ মাম্নব মফম্ অমদ অসুক্কী মতিক্ মওঙ্ তাব চাগী বাগান্সিং য়েংজবদ মতম্ কুইন ৱাখল্ খন্বদ মায় লৈথোরক্প ঙম্দন লৈবদগী ঐগ লাক্মিন্নরিব দাদাম্ হায়্ন মিংথোম্ব ত্রাইবেল্ অদুন, লাক্রো ঈমা অসোম্

মায়কৈরোম্দ অমুক্ চৎলসি হায়্ন হায়্রক্পদ ঐন ইখং-খংন, ও! ঈবেম্ম!, চৎলসি হায়্দুন নাকল্ অমরোম্দ অমুক্ চৎলগ য়েংই। চাগী পাম্বী পরেং-পরেং হৌরিব চাগী মনাশিং অদুন তনৌ-তনৌরদুন, নুংশিৎন তপ্প-তপ্প হুমলক্প অদুদ লেঙহৌ-লেঙহৌ তৌরদুন লৈরিব ফিভম্ অদুদি কনাগী থম্মোয় সুম্হত্তব ঙম্গনি। মরক্ অদুদ কোক্ত সম্পুবী খরদংন কয়াদ মখোয়্গী মায়্থোং মকা লাম্ন,শম্রাংন নীংদু য়ৈরব শক্তম্দো উরুবদ খন্থি থম্মোয়্সিদ, মখোয়্গী অশেংব শক্তম্ অসিবু মসিরা হায়্ন। অমুক্সু খন্থি করিগীদমক্ থম্মোয় অসিন তনিক্-তনিক্লিব। অদুবু চৎলিব খোঙ্চৎ অদুন খোঙ্চৎ অম ওইবন নুংসিবদু অদুম্ খোর্জেন সৈথারগ লৈহৌরি। থম্মোয় অসিদ চা বাগান্গী নুংসিরুব অদূতবু সৈথাজরী। ব্রাখল্, অসিদ অরুনাচল্ প্রদেশকী অহাম্ব থেংনরুব মীকুপ্তুদগী পুম্নিশিন করিগুম্বদ খন্থি থম্মোয়্দ ঐখোয়্গী ঈরৈবাক্ত অসিগুম্ব ফজখ্রব চাগী বাগান্ অম শেম্লব তৌরুবন ফগদ্রা হায়্ন। চা বাগান্ অদুগী মোং হাদ্রব য়েংলুবদ মহাক্ক মীৎ চানখি ঐগ। মহৌশাগী সংলৈনরব চা মনাশিং অদুগ ঐগ অসুক্কী মতিক্ নুংসি মঙলান্দ তাউমিম্নরক্খি। অদুবু... পুম্নমক্ অদু থাদোক্রম্নগ, ঐ, অমুক্, হম্লক্খি।

১৮-৩-২০০৭

# ১৩ সুব পন্দুপ

চীংলৈবাক্কী ওইব ফজব লম্দম্ অরুনাচল্ প্রদেশ্কী কোনুং ইতানগর্ মীওইবন তম্জনিংঙহি ওইব চাওখৎপগী থাক্ য়েন লৈরব মফম্ অম ওইব য়েংখি য়েংখিব খুদিংমক্ত অরাংপ অমত লৈত্রব থেক্ খোয়্রব চীং লম্বীদ ঐখোয় চৎমিন্নরীবসিং অদুদি কিব পোক্তে মরম্দি মখোয়্দি মদুগী লম্বীদো চৎতুনত লৈব মরম্ ওইরম্ব য়াই। অদুবু ঐ অমদি সোবিতা, দেবশ্রীদি কিব অম ফাওরক্ই। অদুবু করিস্ খুদোং থীবদি লৈতে। মফম্ অসিদ হরিয়ানা হায়্রন কৌব দিলিদগী খর চৎলগ লৈব মফম্ অদুদ ফম্ব পোৎয়োন্শঙ্ অদুগ মান্নে। ফজবদি শিংথাবদ লৌইব নাইররেহি । নাগালেন্গী কোহিমা তাউন্ অদুগ খর অদুম্ মান্নগদ্রা খল্লি। করিন হায়্রবদি চীংলৈবাক্ ওইব মরম্দগী। ইটানগর্ হায়্রব অরুনাচল্ প্রদেশ্তগী মাইল্ খর চৎলগ নহর্লুগান্ হায়্রন কৌব অরুনাচল্গী লম্ অদু কোয়্রন থুংন চৎলুব মতম্দ য়াম্ন নুংঙাইব অম পোক্লক্ই। নহর্লুগান্দি চীংন কোয়্শিন্ন চাউরব তম্পাক্ ওইন তৌই। ওফিস্নচিংব মশিং য়াম্ন লৈরিবদুগী মরক্ত *এমরে*গী য়াম্ন চাউরব শঙ্লেন্ অমসু লৈহৌই। চীংগী মথক্ ওইরপ্ তৌন খজিক্তং ঙম্খৎপ মফম্ অমদ অনা-লায়েঙ্শঙ্ অম তনান্ -তনাম্ন লৈহৌই। পূম্নমক্তগী মওঙ্ খর তাব টাউন্দি নহর্লুগান্ ওইগনি হায়্রন খল্লী। মীসু অদুম্ খর চাওখৎলি। খোংউপ্ সাব খোংউপ্কী পোৎয়োন্শঙ্ য়ূম্ মখোল্ মখোল্দ মওঙ্তান ফম্হৌই। নূপীগী, নূপাগী, অঙাঙ্গী সুনব লৈ।

লাই য়েক্‌পগী থবক্ তৌফম্ ময়াম্ অমসু লৈ। লাইয়েক্‌প মীতৈ মচা কয়া মরুম্ উরকই।

ইটানগরদগী কি:মি: ৬ মুক্ চৎলগ লৈব শায়োক্‌শঙ্ অমদ, বেংগল্‌গী কৈ, ক্রোকোদাইল্, রাহোং, য়োং, উচেক্ অসিনচিংব য়াম্ন মরাঙ্ কায়্‌ন লৈহৌব, "Goverment of Arunachal pradesh, office of the , Asst. Wild Life Garden, Zoological Park Ganga, Itanagar", অসুম্ন থাব শায়োক্‌শঙ্ অম য়াম্ন তরু-তরুন লৈহৌই।

(১) অরুনাচল্ প্রদেস্‌ত লম্প্রক্কী শা থম্ফম্ নীপাল্ লৈ। পেক্ তুরেল্, কামেং তুরেল্‌গগী নোংপোক্ অমসুং নোংচুপ্ লোম্‌দ লৈব পার্ক্ অম লৈ মদুদ লম্প্রক্কী শামু, কৈ,শজ্জী অসিনচিংব শাসিং লৈ। ওক্তোবরদ শা য়েংব চৎনৈ।

(২) ইতানগর মনাক্ত খর থাপ্লপ্ল লৈব লম্ অদুদ উচেক্, বাঁকিং ডিয়র, কবোকৈ নচিংব শাসিং লৈ। মসি য়েংব চৎপ মতম্‌দি ওক্তোবরদগী এপ্রিল্ ফাওবদনি।

(৩) সিয়াং দিষ্ট্রিক্কী মফম্ অমদ লৈব শায়োক্‌শঙ্‌দুদ লৈব শা, হোল্লোক্ জিবোন্, লিওপার্দ কেট্, ওক্টোবর্‌দগী এপ্রিল্ ফাওবদ য়েংব চৎনৈ।

(৪) লোহিৎ দিষ্ট্রিক্ত শাগী রিজর্ভ ওইন থম্ব মফম্ অম লৈ। মদুদ শা ময়াম্ অম টৌ হোল্লোক্ জিবোন্, শামু, কবোকৈনচিংবনি।

(৫) কামেং দিষ্ট্রিক্কী মফম্ অমদ পার্ক অম লৈ। মদুদ শাম্বর্, শওম্ অমুব, সেরো, গোরাল্, শামু য়াম্ন লৈ।

(৬) অরুনাচল্ প্রদেশ্‌কী চীংগী লৈতেম্ মান্নব মফম্ অমদ শাগী পার্ক অমশু লৈ। মদুদ লৈব শাশিংদো, মক্ষ দিয়র্, শওম্ অমুব, খালি, অমদি উচেক্ ময়াম্ অমনি।

(৭) কাম্‌তাং এরিয়া অসি স্কর কিঃমিঃ ৭৮৩ পাক্‌প লম্‌দম্নি। মফম্ অসিদদি অসুক্কী মতিক্ শা মরাঙ্ কায়্। রেদ্ পান্দা, তাকিন্ জিবোন্, হুল্লোক্ জিবোন্ অসিনচিংব শা য়াম্ন লৈ। ওক্টোবর্‌দগী এপ্রিল্‌ফাওব মীশিংন য়েংব চৎনৈ।

(৮) সিয়াং দিষ্ট্রিক্কী নোংচুপ্ থংবদ লৈব মফম্ অমদ শাগী পার্ক অম লৈ। মফম্ অদুদ শামু, লম্ হৌদোং অশিক্‌প, শজীনচিংব লৈ। মীয়াম্ন ওক্টোবর্ থাদগী এপ্রিল্ থা ফাও্বদ য়েংব চৎনৈ।

ইটানগর্‌দি অসুক্কী মতিক্ ফজব চীংগী লম্‌দম্নি। মরাঙ্ কায়্‌ন পোৎ-চৈ ফংই। মহৌশা লাইরেম্বীগী য়াতাফম্ ওইরিব অরুনাচল্ প্রদেশ্‌ত খুন্দাদুন লৈব আডিসিং অসিন নুংসিন নুমিৎ থাবু ঈরাৎচবগ লোয়্‌নন শুক্রব চীংগী লম্‌দম্ পাউ ফাও্নব ফাও্ব য়ৌব ঙম্‌দব চীংলৈবাক্ত লাই অনী অদুবু খুরুম্‌জব ঈরাৎচব অদো কয়াদ নুংওন্নব।

১৬-০৩-২০০৭

# ১৪সুব পন্দুপ্

অরুনাচল্ প্রদেশ্‌ত চীংজাও ময়াম্ অমন মরোল্ মরোল থংন থংনদূন নৈব মরম্ম তুরেল্‌সু অসুক্কী মতিক্ য়াম্ম চেন্নী। লোহিৎ, টিশা, টিশিং, বুর্‌লি, কমলা, সুবান্‌সিনি, কমাং রেনু, সিয়াং, য়োঙ্গু, তরাংচু হায়্‌রিব তুরেল্‌শিং অসি পম্ব য়াই।

(১) লোহিৎ তুরেল্ অসিদি অরুনাচল্‌গী মনূংদ চেম্ব খ্বাইদগী চাউব তুরেল্‌নি। অরুনাচল্‌গী অরাংলোম্‌দগী খারোম্‌দ চেন্নক্রগ অমুক্ নোংপোক্রোম্‌দ চেংঙ্গে।

(২) টিশা তুরেল্ অসিদি য়াম্ম চাউই। তিরেপ্ দিষ্ট্রিক্ত চেন্নি।

(৩) টিশিং তুরেল্‌সিশু তিরাপ্ দিষ্ট্রিক্ত মওঙ্ তান চেম্ব তুরেল্‌নি। নিউশা অমশুং পুমাউ খুঙ্গংগী তাইনবদ চেন্নি। য়াম্ম নুংসিন ঈচেল্ লিরি-লিরি চেন্নী, য়েংবদ রাখল্‌গী ঈচেল্‌সু লিরি-লিরি হল্লী।

(৪) পুর্‌লি-দিহিং হায়্‌রিব তুরেল অসি অরাং নোংচুপ্রোম্‌দগী অসুম্ চেংহরক্রগ চুংলং দিষ্ট্রিক্রোম্‌দ চেংব্রগ ব্রহ্মপুত্র পাংখি।

(৫) কমলা তুরেল্ অসিন অরুনাচল্ প্রদেশ্‌কী চীংলক্ত মহৌশা লাইরেম্বীগ নোক্‌মিন্ নোক্‌মিন্নদুন টিবেট্ অমদি চিনারোম্‌দগী ঈংন তপ্প চেংহরক্রি।

(৬) সুবান্‌সিনি হায়্‌রিব তুরেল্ অসিগী হৌরক্‌ফম্‌দি টিবেট্‌তগী চেন্নক্রগ মথক্ থংব সুবান্‌সিরি দিষ্ট্রিক্ত অমুক্ চেংখিদুন অসাম্‌গী লক্ষিপুর্ তক্রগ ব্রহ্মপুত্র তুরেল্‌দ তিন্‌খি।

(৭) কমাং রেনু অসি খ্বাইদগী মরুওইব তুরেল্নি। কমাংগী নোংচুপ্ত লৈব অলোং দিষ্ট্রিক্তোম্দ অসুম্ চেম্বখি।

(৮) সিয়াং তুরেল্ অসিগী মরম্দদি মথক্ত পন্জখ্রে। মসি টিবেট্লোম্দগী চেম্বরক্পনি। টিবেট্লোম্দদি মসিগী তুরেল্সি সাংপো হায়নসু কৌই। মসিসু ব্রহ্মপুত্রদ তাখি।

(৯) তরাংচু তুরেল্ন তরাংগী চীংলক্ ফাওন ঈচেল্ তপ্প চেল্লী।

(১০) য়োঙ্গু তুরেল্ অসি অরুনাচল্ প্রদেশ্কী খ্বাইদগী মরুওইব তুরেল্নি। য়াম্ন চাউই। মাগী ঈচেল্দো য়াম্ন পাক্ চাউই। য়োঙ্গু তুরেল্ অসিন অরুনাচল্ প্রদেশ্কী লম্ তালো, পায়ুম্, কায়িংঅমদি দরাঙ্কী অকোয়বদ ফাওদুন চেল্লী। পাঙ্গিন্গী মনাক্ত লৈব সঙ্গম্ হায়্ন কৌব ইষ্ট সিয়াং দিষ্ট্রিক্ত লৈব অদুদ চেল্লী। মপুক্চেল্ য়াম্ন তপ্পী য়েংবদ অসুক্কী মতিক্ নুংঙাই। ঈচেল্ অদুগী ঈরাওখোল্ অদু কয়াদ তাবদ নুংসিব, তাইবঙ্ মীগী থম্মোয় নৌথোক্হল্লি। চীংলক্ অদুদ য়াতাদুন লৈরিব পুম্নমক্ অকি অখঙ্ অমত্ত পোক্হন্দে।

অরুনাচল্ প্রদেশ্কী মরুওইব টাউন্দি লম্পাক্ ওইন চীংগী অকোয়বদ লৈ। লৈতেম্ মান্নৈ হায়্বখক্তনি। মখোয় চীংলৈবাক্কী লৈতেম্ মান্নব টাউন্শিংদি ইটানগর্, নহর্লুগন, তরাং, বম্দিলা, রুপা, ভালুক্পোং, জিরা, সেপ্পর্, দপোরিজো, অলোং, পাসিঘাৎ, য়িংকিং, রোইং, তেজু, নম্সাই, খোন্সানচিংবনি।

মখোয়্গী মরুওইব লৌউ-শীংঙবগী পোখোক্শিংদি রবর্, কোফি, চা অসিনচিংবনি। মরুওইব দিষ্ট্রিক্ তরাং ইষ্ট, রেষ্ট কামেং, অপ্পর্ অমসুং লরার্ সুবান্সিরিনচিংব মফম্শিংদ হায়্রিব পোখোক্শিংসি পুথোক্ই।

লম্কোয়্বসিংন য়েংবদ নুংঙাইব মফম্সিংদি, ইটানগর্, নম্দফা নেসনেল্ পার্ক, টিপ্পি ওর্কিড সেন্টর্, পর্সুরাম্ কুন্ড, তরাং সেক্কচুএরি অসিনচিংবনি। মসিগী মফম্সিং অসি ঐখোয়্ন কোয়্ব চৎপদ অসুক্কী মতিক্ ফজব মহৌশা লাইরেম্বীগী সান্নফম্সিং অদু য়েংব মতম্দ থম্মোয়্ন পেন্ব অম পোক্ই। মফম্ অদুগী দোন্য়ি-পোলো হায়্ব নুমিৎ থা হায়্ন মিংথোন্ব মপু ঈবুংঙো, ঐখোয়্বু শেম্বীব দোন্য়ি পোলো অদুবু ইকোক্ নোন্ন খুরুম্জব ফংলক্ই। অরাঙ্-অরাঙ্ব চীংশিংদি পার্ট্কাই, গেসিলা, সেলা, নগুলা, বোমিয়া, কিন চেমাম্সিং, লাজু, পুমাই, বয়োর্, লিক্, মস্রী অসিনচিংব চীং কয়া লৈখ্রে। মরোন্-মরোন্ লোন্খ্রে। মশিং থীব মতম্দ রায়্, অদুবু মপু মহাক্কী খুৎশেম্লিনা অদুম্ হেক্ত রাব কোক্খিদুন নুংঙাইব অম পোক্রক্ই। লম্ কোয়ব য়াম্ন রায়্, অদুবু ফংলক্প, উরক্প, খঙ্লক্প ময়াম্ অদুন অপেন্ব অম অসুম্ লাক্ই। খোর্জৈদি অদুম্ খুত্তগী থাদে। লৌউবন লাঙ্গোল্ পায়্ব অদুগ চপ্ মান্নৈ।

# ১৫সুব পন্দুপ্

লম্কোয়্ব চৎপদ য়েংব নুংঙাইব লম্সিং অদুন ঐখোয়্বু তোয়্ন তোয়্ন নুংসিব খোঙ্জেল্ন কৌরক্ই। অদুগ ঐখোয়্ চৎলিবসিংবু মখোয়্ন চিংশিন্বী।

(১) বোম্দিলা হায়্রিব লম্ অসি অপীক্প টাউন্ অমনি। মসিদি ফুট্ ৮৫০০ নোংচুপ্লোম্গী কামেং দিষ্ট্রিক্তগী রাংখৎলি। মখোয়্ ট্রাইব্শিংদি মোন্পা, মিজু, বোগুন্ অসিনচিংবসিং অসিন খুন্দাদুন লৈ।

(২) ভিস্মক্নগর্ হায়্রিব মফম্সিদি অরুনাচল্গী খ্বাইদগী কুইরব অর্কোলোজিকেল্গী মফম্ অমনি। মসিদি *হিল্ ফোর্ট* হায়্ন খঙ্নৈ।

(৩) *চিমেরি ফোর্ট ওফ রুক্মিনি নাটি* হায়্রিব মফম্সিদি য়েংবদ অসুক্কী মতিক্ ফজৈ। নূংপাক্ নূংদূম্ ময়াম্ন মওঙ্ তান সারম্দুন তহিবঙ্ মপুন থম্রম্ব ওইরমান্নে খল্লি।

(৪) *দপোরিজো* হায়্রিব মফম্ অসিদি অপ্পর্ সুবান্সিনি দিষ্ট্রিক্কী হেড্ ক্বার্টর্নি হায়্ন থাই। মসিগী লম্পাক্ অসিদি মওঙ্ তাই। সুবান্সিনি তুরেল্গী য়েৎলোম্থংবদ লৈ।

(৫) *দিরাং* হায়্রিব মফম্সিদি *বোম্দিলাগ তভাংগ*গী লোম্নবদ লৈ। কোয়্ব চৎপদ অসুক্কী মতিক্ নুংঙাই। য়েংবদ থম্মোয়্ পেম্মোক্প অম পোক্লক্ই। মালেম্ তাইবঙ্পান্ব পুম্ব লোয়্ন নুংসিব পোক্লক্ই।

(৬) *জৱাহর্লাল্ নেহরু ষ্টেট্ ম্যুজিয়ম্* অসিদি ইটানগর্গী মনাক্তনি। মসিগী য়ুম্‌শা-কৈশা অদু মওঙ্ তাই। মখোয়গী ট্রাইব্‌শিংগী ওইব জগোই খুৎশা মওংতান য়েক্‌ই।

(৭) *মিয়াউ* হায়্‌রিবসিমসু য়েংবদ নুংঙাইব অম পোক্‌ই। চীংগী লম্‌দম্ ওইবন অমুক হেন্না নুংসিব পোক্‌ই।

(৮) *মামিল্টন্ টেম্পল্* হায়্‌রিব টেম্পল্ অসি সিয়াংগী নোংচুপ্লোম্‌দ লৈব লিকাবলি হায়্‌ব মফম্ অদুদ লৈ। য়াম্না ফজে। হোজঙ্ চঙ্‌ফম্ অদু তাইবঙ্ মপু *বহাই ফেথ* হায়্‌ব দিল্লিগী লোটস্ টেম্পল্‌গী গেৎ চঙ্‌ফম্ অদুগ মান্নন উই। চীংনিনা অকুৎ অতোঙ্ নাইন চৎলি। মওঙ্ অমদি তাই য়েংবদ মীৎ অসি কুপ্‌কনি হায়্‌ব কাউথোক্‌ই। য়াম্না মওং তাই।

(৯) *ময়ুদিয়া* হায়্‌ব অসি য়েংব চৎপ মতম্‌দ য়াম্না ৱাংখৎপ চীংনি। *লরাব্ দিতাং* দিষ্ট্রিক্তী মনুং চল্লি। ঐন মার্চ থাদ চৎলুবনিনা উন্ খর খর তাহৌই।

(১০) *মঙ্গ্রি বিদ্যাপথ* হায়্‌রিব মফম্ অসি তৱাং দিষ্ট্রিক্ত লৈব মমা মপা লৈতব (ওর্ফানেজ্) সিংগী লৈফম্নি। তৱাংদগী কিমি ৫ রোম্ লাপ্ন লৈ। অঙাঙ্‌সিংদুগী মওঙ্ অদু য়েংবদ য়াম্না নুংসি।

(১১) সিলা পাস্ হায়্‌রিব মফম্ অসিদি য়েংবদ কি। চীং অদুগী মতোন্ ওইন তৌব চীং অনিগী কারক্ত চেম্ব তুরেল্‌নি। মসিদি ইরেম্বুংগী ঈমায়্‌দগী মিটর্ ৮,২১৫ রোম্ ৱাংখৎলি হায়্‌নৈ। মফম্ মফম্ খুদিংগী য়েংব চৎপদ ফোটো অদুম্ নম্মীন্নরক্‌ই চীংলৈবাক্ অদুগ।

২৫-০৩-২০০৭

*মহৌশা লাইরেম্বীগী মসাইগোন্দ য়াতারিবী অরুনাচল্‌প্রদেশ*

# ১৬সুব পন্দুপ্

অরুনাচল্ প্রদেশ্ত ঙসি খুন্দাদুন চীংগী লমদ লৈরিবসিংসিদি লাইবক্ ফবনি। ভারত্কী অরাং নোংপোক্রোম্দ লৈরিব অরুনাচল্গী পাক্ চাউব স্কুর কিঃমিঃ ৮৩,৭৪৩ অসিনি। ভুতান্ফাওবগী অশাংবন কিমি ১৬০রোম্নি। চিনাফাওবগী অশাংবন কিমি ১,০৩০নি। নোংপোক্রোম্দ ম্যান্মার্ ফাওবগী অশাংবন কি মি ৪৪০নি। মসিগী চখোক্ চৎশিন্দি চীংথক্ত, চীংমায়্দ চীং লম্বী ওইন অদুম্ চৎলি। মসি অখঙ্ অহৈসিংগী পাউতাক্তুগী ফংজবনি। অরাং নোংপোক্ লম্দ অরুনাচল্ন খ্বাইদগী চাউব ষ্টেট্ ওইব মরম্ন কোয়্রিব মখৈ চৎলিব মখৈ অসুম্ অসুম্ সাংদোক্পদৌন তৌই। ষ্টেট্ অসিগী মখারোম্দ অসাম্ লৈরে অদুগ নোংপোক্রোম্দ ম্যান্মার্, নোংচুপ্প্রোম্দ ভুতান্ অদুগ অরাংলোম্দন চিনা লৈ। সাবগী চাংদি নিংথম্থাদন সেল্সিয়স্ ডিগ্রি ১৫দগী ২১ অদুগ কালেম্বাদন সেল্সিয়স্ ডিগ্রি ২২দগী ৩০ ফাওবনি। মার্চ এপ্রিল্দদি পংশা সাদে শাম্তুগী ফি অয়াম্বন শেৎলি। নুংসা খর সারক্প হায়্বসে লৈচীন্ন খর নেম্ন লৈখিবনরা নৎত্রগ পাইখোক্খিবনরা মদুদি হায়্ব ঙম্দরে, নুমিৎ মশক্ উবদ সাই, অদুবু অমুক্ লৈচীন্ন কুপ্খিবনিনা হেক্ত নিংথম্মী। চীংগী লম্দম্ নুংসিবী অদুদ পাৎ মচা মচাসু অদুম্ লৈ। লোহিৎ হায়্রিব দিষ্ট্রিক্ অদুদ *গ্লো লেক্* হায়্ন কৌব পাৎ অম লৈহৌই। ইটানগর্ হায়্ব কেপিটেল্ অদুদন *গেকার্ সিন্যি* হায়্ন কৌব পাৎ অমত্ত লৈহৌই। তৱাং দিষ্ট্রিক্তুন নুংসিরব চীংলক্ত পি. টি. সো লেক্ হায়্ন কৌব পাৎ অম লৈহৌই। অদুত নত্তন সঙ্গেৎসু, বিক্সাচাং হায়্ন কৌব পাৎসিংসু লৈহৌই। চীংগী লম্বীদ

হায়্রগ পাৎ তুরেল্নচিংব চন্দবমখৈ অদু থংন থংনন লৈব উই। মখোয়্গী মহৌশা লাইরেম্বীদি য়াম্ন থৌজাল্ হৈব মীনুংসি চাউব লাইরেম্বীনি হায়্ন হায়্জবদো থোইন লান্গনি নীংদে। চীংগী লম্ ওইজরবসু তম্পাক্ মচা মচা লৈব মরম্ন মখোয়্ন হিংদব য়াদবনিনা হেন্দলুম্ অমদি হেন্দিক্রাফ্‌ট্সু অদুম্ মওঙ্ তান থম্মী। মখল্ মখাগী ক্রাফ্‌টশিং মরুওইন পোট্টরি, স্মিথ্রি ৱর্ক, বাম্বুট্টেরি, ৱুড্ কার্ভিং, ৱিভিং, পেন্টিং, অসিনচিংব অরুনাচল্ প্রদেশ্‌ত ফংই। অদুগ অতোপ্প আইটেম্‌দ পোলাং, শান্নপোৎ, মায়্খুম্, লীক্-কোন্ অসিনচিংব অসিসু মরাঙ্ কায়্ন পোখোক্ পুথোক্ই। মখোয়্ন পুথোক্লিব পোৎ-চৈসিং অদু মখোয়্ন শীজিন্নবত নত্তে, খরসু *নেসনেল্ মার্কেত্ত থাদোক্ই হায়্রক্ই। হায়র্ সেকেন্দরি স্কুল্, প্রাইমারি স্কুল্, টিচর্স্* ট্রেনিং ইষ্টিট্যুৎ, ফার্মর্স্ ট্রেনিং ইষ্টিট্যুৎ অসিনচিংব কয়াসু লৈহৌই।

ইটানগর্‌দ লৈহৌব রাম-কৃষ্ণন্ হোস্পিটাল্ মনূংদ চঙ্দূন য়েংবদ য়াম্ন পূক্নিংদ হরাওব অম পোক্ই।

পাঙ্গিন্ টাউন্গী অকোয়্ব চীংগী নাপোম্‌দ অসুম্ কোয়্ন চৎলিব ঐখোয় হায়্বদি, মাল্টি দেবী, দদাম্, সবিতা দেবী, দেবেশ্রী, তরুনি ঐখোয়্ন অসুম্ *কোয়্ন কোয়্ন অরুনাচল্ প্রদেশ্কী পাঙ্গিন্ টাউন্দ চৎপ মতম্‌দ চীংগী* য়েৎলোম্থংব অদুদ ৱা অসি চীংমায় অম থন্ন হৌহৌই। শা য়েন্ চঙ্দনব ৱাচেৎন অকোয়্ব অদু পন্ খারম্মী। ওয়্রোম্ থংবদন উ অচৌব অমদি মচা ক্রক্ ক্রক্ ঈন্নন হৌহৌই। খর-খর অসুম্ কোয়্ন চৎলব মতুংদ লম্পাক্ পিক্তক্ তৌব অম লৈরম্মী। মদুদ অঙাঙ্সিং মশা খীংন সান্নহৌই। ক্রিকেৎনচিংব মশান্ন কযা সান্নহৌই।

*মার্সিয়েল্ আর্টস্, জিম্নাষ্টিক্, বোক্সিং,ঙসী-ঙসীমক্ চত্থরিব মশান্ননি।* সান্নরোয় অয়াম্ব সান্নবদ মথ্নায় য়াম্ন য়াওই। সান্নবন থম্মোয়্, থবোম্বী, খোংজাবী মপূং ফান ফজিন্নি হায়্ব খঙ্ই। মীতোপ্‌শিংগ নেসনেল্গী অমদি ইন্টর্নেশ্নেল্গী থাক্ত অথোয় অহেন্ তান্নবগী কম্পিটিসন্ তৌদূন মালেম্ কোয়্ন চৎনব মথ্নাই য়াম্ন য়াওব শান্নরেইসিং মরাঙ্ কায়্ন লৈহৌই। অরোয়্ব ওইন হায়জরবদ ঙসী মতম্ খর, থা খর অরুনাচল্ প্রদেশ্‌ত কোয়্জরুব অসি ঐগী মহৌশাদগী হৌন *লম্ কোয়্ব অসি পাম্জরক্পদগী কোয়্জরুবনি।* অঙাঙ্ ওইবিঙৈ চহি ১২মুক্ সূরক্প অদুৱাহিদ কল্কটা ইন্দষ্ট্রি ষ্টেট্ অদু থুংন কোয়্রুব অমদি ট্রেন্ তোংবদ য়েংব য়াম্ন নুংঙাইব লম্‌দম্ অদুন অদুম্ লৈহৌব ঐন অদুম্ চৎখিব ঐঙোন্দ য়েংল য়েংলগ লৈহৌব শক্লোন্ ময়াম্‌দো নুংসিবদগী ঐগী থম্মোয়্‌দ মমি তাখিবদূ ঙসী চহি য়াম্শিল্লক্রব সিগদব মতম্ য়ৌসিল্লক্রব মতাঙ্ অসি য়ৌরক্রব ফাওবদ অদুম্ লম্কোয়্নীংব অদুগ খোর্জৈ অম চেবাঙ্ অমগ লোয়্নদুন লৈজরগত নুংঙাইজব মীশক্ অমনি। খুদিংমক্ক নুংসিবীদুন চন্নব লম্কোয়্ ৱারীসি পাবিগনি হায়্ন খন্জৈ।

২৪-০৩-২০০৭

*মহৌশা লাইরেম্বীগী মসাইগোন্দ য়াতারিবী অরুনাচল্ প্রদেশ*

# ১৭সুব পন্দুপ্

মার্চ তাং ২৭ লৈবাক্পোক্প নুমিৎ অয়ুক্কী পুং ৬ তাব মতম্দ অরুনাচল্ প্রদেশ্ নুংসিবী অদু থাদোক্লম্লগ লাক্লে। অরুনাচল্ থাদোক্লম্লে খব্বদ খঙ্হৌদন ঈহৌ অম হৌরক্লুন মীৎলুদ পিরাং শিন্নরক্ই। মতম্ খর লম্দম্ নুংসিবী অদু কোয়্মীন্নরুব, খঙ্মীন্নরুব ফোতো নম্মীন্নরক্প ঈচা ঈনাও ময়াম্ অমন মখুৎ থাঙ্গত্তুন হইরক্পদগী পিরাং তৈথোক্চৈ। অশুম্ন অসুম্ চৎপদ পাসিঘাত্ত পুং ৯.৩০ দ থুংলে। অয়ুক্কী মতম্ ভইহাক্ পোথারগ নুংখিল্ পুং ১২দ গুৱাহাটি ফতম্ন থৌরক্লে। নুংসিগ্নব ফজগ্নব শিংথাবদ লোইব নহিররেইদব লম্নী অদুদ লিশাং শিৎন পুং ৫.৩০ রোম্ চঙ্গন থৌরক্লুন ঈংন-তপ্ন গুৱাহাতি ষ্টেসন্ য়ৌরে। তাং ২৮দ গুৱাহাতিদ বোম্ব্রাষ্ট তৌই। গুৱাহাতিদ নোংম পোথাদুন লৈরে। চৎমীন্নরিব ঐখোয়্ অহম্মক্ অপাম্ অপান্ন পোৎ লৈনরে। ঐগীদি খোর্জে দজন্ অম লৈরে। মহৌশাদগী ঐদি থবক্ চৎলুব হল্লক্লগ গুৱাহাতিদগী ভাক্ত লৈ মরম্দি ইবদ অদুম্ ঐগী ব্রাখল্ন নুংভইব অম পোক্ই। ঐগী ইশু দেবশ্রীন স্কুল্ য়ুনিফোর্ম অম লৈগে অবোক্ হায়্দুন হায়্রক্ই। ঐন হায়্রে খল্লো-খল্লো নঙন অপান্ন অসুম্ন ভাঙন শক্লখিবসিং নীংশিংলক্ই।

গুৱাহাতিদ অসুম্ মতম্ খর লৈমিন্নরগ অয়ুক্কী পুং ৯ তাব মতম্দ টৈক্সি অম তোংলগ এয়রপোর্ট য়ৌনব থৌরক্লে। পুং ১০.৩০ দ এয়রপোর্টত থুংলে। মতম্ অমদ ১৯৮৭ অদুরায়্দ লৈহৌব এয়রপোর্ট অদুগ খরদি খেন্নৈ। হৌজিক্ন

য়াম্ন ফজব হেন্নে। চাওখৎলক্পগী মতুং ইন্ন অসুম্ ফজরক্প তাবনি। মতম্ অদুদ ঐগী পোক্রুফম্ য়ৌগদৌরে হায়্ন খব্বদ কয়াগী মতিক্ নুংঙাইব অম পোক্লক্‌ই। পুং ১.৩০ তাব মতম্দ দেক্কান্গী এরোপ্লেন্ অদুদ তোংলে। তপ্ন-তপ্ন ঈংন কাখৎলে। মোং হাদে য়াম্ন মপূক্ তপ্নী। তাইবঙ্ মীওইবসে অসুম্ অসুম্ নোংম নোংমগী চাওখৎপ হেন্গৎলক্‌ই। মহৌশা গুব্রাহাতিফাওব পাইব প্লেন্ তোংবদ থক্-থক্ নিক্তুন ঐ থুক্ -থূক্ লাউরক্‌ই। হক্চাঙ্দ কৈনো অম তৌরক্‌ই। দেক্কান্ অসিদি য়াম্ন ঈং তপ্নী। মখোয়্ন য়াম্ন নুংসিন তোংলিব মীওই পুম্নমক্ তরাম্ন তৌই। এয়র্ হোষ্টেজ্দি য়াম্ন চঙ্খোম্লী। অদুগ ফিজেৎ চাক্চাদি খর ফজব ব্রাৎলি। মলেসিয়াগী এয়র হোষ্টেজ্দি ফজব্রব মশা অদু পুম্‌য়োম্ য়োম্সিন্ন, হায়্বদি য়েংবদ তম্জনিংঙাই ওইব মওঙ্দ ফিজেৎ লৈতেংই। ঐখোয় পুং ২.৩০ তাব মতম্দ ইম্ফাল্গী এয়র্পোর্টত থুংলে। টেক্সি অম ব্লায়্রগ ঐখোয়্ চৎমিন্নরুব দেবশ্রী, সবিতা ঐগ লোয়্নন য়ুম্দ থুংলে। তুংওইনহৌরবী নুংসিবী অরুনাচল্ প্রদেশ্, হে! অ-রু-না-চল্! লৈচীল্-নোংফাইগী ফিজঙ্-লম্থাংন ফিজেৎনহৌবী হে অরুনাচল্! নঙ্গী ব্লারী, নঙ্গী শক্তম্, মতম্ কুইনগী ওইন থম্মোয়্নুংদ লৈহৌরনি। লৈহৌরগদবসিংসে পুরদুন ঈরম্দম্ কংলৈপাক্ত, নুমিদাংব্লাইরম্দ চেক্লান মহম্ পাংবগুম্, ঈরান্য়াই ঈরৈবাক্ ঈরম্দম্ পোক্রুফম্ ঈমাগী মতম্পাক্ মথানুংদ হন্‌ব্লাইজরক্লি।




---খৈরব---

# কলমগী কোঙ্খব লাইরিক শিং

| | | |
|---|---|---|
| ১ | অয়ুক্কী নাচোম্ | কলম বোর্ড |
| ২ | খন্নুবদ নোক্লিংই | ইহিলেন্ খা ঙাম্ব (১) |
| ৩ | অইংবী অতম্পী লাইরেম্বীগী তেংথাখোল্ | য়ুম্নাম্ চনু উতম্বলা (রাংলেম্বেইবী) |
| ৪ | এজ দ ড্রোপ ফেল | কিন্খুই জিনাং মারেম্মৈ |
| ৫ | মহুম্ (রারী মচা খোম্জিন্ব) | কলম বোর্ড |
| ৬ | অচুম্ব লৈই | এম্:দি: রাজ খান্ |
| ৭ | সলাই শৈরেত্ | সনাহোংব মঙাঙ্ |
| ৮ | পীবারেল্ | খোক্চোম্ কিরন্ |
| ৯ | রাখল্গী উচেক্ | সোমানন্দ লৈশাংথেম্ |
| ১০ | ঈমাদি খোংদাই শেৎলরোই | ইরোম্ চনু শর্মিলা |
| ১১ | রাশক্রুগী চৈনা (১) | রাকেস নাওরেম্ (কোকিল্) |
| ১২ | শক্ফম্ ওম্নব মালেম্ খুন্দোংবম্ | ওংবী গুনমনি লৈম |
| ১৩ | চৈরাক্ (ড্রমা) | খোক্চোম্ মঙাল্ (কিরন্) |
| ১৪ | খন্নুবদ নোক্লীংই | ইহিলেন্ খা ঙাম্ব (২) |
| ১৫ | লিক্লাং পরেং | হৈক্রুজম্ (গোম্তি) |
| ১৬ | লোয়ালম্গী শংবান্নবী | ময়েংবম্ উন্বী লৈম (জমুনা) |
| ১৭ | চৈখল্ | মাইবম্ লোংইন্ (প্রেমোজিৎ) |
| ১৮ | ইচাগা ঈমাদি খাঙ্ য়ৌরে | খুন্দোংবম্ ওংবী গুনমনি লৈম |
| ১৯ | ইঙেম্লৈ | খোক্চোম্ খোইরেল্ (মঙাল্) |
| ২০ | ঈশিং থিংবী অমদি মাগী ঈশৈ | ইহিলেন্ খা ঙাম্ব (ওকেন্দ্রো) |
| ২১ | রাশক্রুগী চৈনা (২সুব খুৎলম্) | নাওরেম্ রাকেস (কোকিল্) |
| ২২ | মহৌশা লাইরেম্বীগী মসাইগোন্দ য়াতারিবী অরুনাচল্ প্রদেশ্ | সগোল্সেম্ তরুনি |

# BIO-DATA



| | | |
|---|---|---|
| 1. | Name | Sagolsem Taruni Devi |
| 2. | Date of Birth | 01-02-1934 |
| 3. | Father's Name | (Late) S. Indramani Singh |
| 4. | Mother's Name | S. (Ongbi) Gambhini Devi |
| 5. | Ednl. Qualification | UnderGraduate |
| 6. | Occupation | Teacher |
| 7. | Activities | Writer Poetry, Novel, Radio Drama, Life history of Manipuri Women, "Chayam Pokpi", (Drama) produced as a video film, "Heroin Mihatpi" a documentary film of 45 minutes produced be self, "Kuthi Yengba Doctor" an economic Audio Cassete pruduced by self, Renowned Columnist of Manipuri Dailies |
| 8. | Awards | (i) Dr. Ambedkar Fellowship Award in 2004 (ii) Dr. Ambedkar International Award 2005 (iii) Biranga Shabitri by Fully Fellowship Award 2006 (iv) Department of Youth Affairs and Sports State Award (v) Certificate of Honour awardedby Decathron Club, Manipur |
| 9. | Others | |
| | (i) Member | Veteran Athletic Assn. (Regd. body) 1983-1986 |
| | (ii) Executive Member | All Manipur Veteran Welfare Assn. 1994 |
| | (iii) Founder Member | Sagolband Mabudhou Mantri Leikai Nupi Marup since 1992 till date |
| | (iv) Member | National Spiritual Assembly of the Bahai of India, Manipur Branch |
| | (v) Founder Member and President | All Manipur Veteran Sports Culture Organisation 1993 |
| | (vi) Founder | Sagolem Taruni Library of Knowledge, Sagolband Mabudhou Mantri Leikai 2006 |
| | (vii) President | KLAM,.(Leimarol) |
| 10. | Sports Award | (i) 1st Prize in 100m Run in Nagpur 1986, (ii) Gold Medal in 5km Marathon in Banglore, (iii) Gold Medal in 200m run in Hyderabad, 1990 (iv) Participate in Turku, Finland, 1991 (v) Silver Medal in Coalalumpur, Malasiya, 1992 (vi) 20 Gold Medal in various events. |

## BOOK PUBLISHED

1. Shaklage Taaro Eeshei, 1993
2. Manipurgi Mathouna Fabi Nupising, 2002
3. Eekhenglakta Kanleipak, 2005
4. Saanna Khotnabada Taruni, 2005
5. A Brief Account of Dr. Ambedkar, 2005
6. Thamoi Amagi Paodam, 2006
7. Mahousa Lairembigi maaigonda Yataribi ArunachalPradesh 2007